# মেরী



শশীকুমার

A Manipuri Novel

Written by Dr. L. Shashikumar, Yurembam





| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : | ১৯৭১ |
| অনিশুবা ফোঙবা | : | ২০০৯ |
| অকোঙবী | : | যমদোম নিঙোল লৈহাওবী দেবী |
| কংযম থে কপা | : | অকোঙবী, অইবা |
| মশীং | : | ৫০০ |
| মখুম | : | বিমোলা দেবী |
| ব্লোক শাবা | | সিন্দু |
| মমল | | ১৩০/- ( লাইব্রেরী এডিসন ) |

নম্ফম :- চনোসা প্রিন্টিং ৱার্ক্স, সলাম



ইং কুমজা ১৯৭২

লমদাগী ১১ নি পানব.

শগোলশেল মুমিৎকী অহিংদ ;

কনাস্থু পূকমেন পাউমেম্নরমদ

নোজাখরব, ঐবু পোকপ পম্বো

ঁবোকুল সিংহগী থুয়াদ !

# অইবগী কলমদগী

ঐহাক্কী " মেরী " হাইব উপন্যাস মচা অসি ঈংকুমজা ১৯৬৮, লমদা থাদ ইজখিবনি। অদুবু সাপা তৌদুনা ফোংদোক্লবগী খুদোং[illegible]ব খিবিক্ অদু ফংজদবদগী ঙসি ফাওব খুৎয়িদ লৈরকখি। " কোরৌ ম[illegible] য়ৈরক্লবদ থম্বাল লৈরাং কনান সাংকাঈরকখিদবগে মোমোনন "। ঈখঙ-খঙহৌদন " মেরী " বু লাইরিক ওইন পুথোক্লীংবগী ঈনোৎ অম ঐগী থম্মোঈদ ফাওরকখি; লোঈনন ঐগী মরূপ লাঙ্গোন ইবোয়াইমনস্থ ঐগী অনীংবগী মাঈকৈদ অনৌব থৌনা কয়া হাপ্পীদুন অরাব শরুক কয়া য়াবিবদগী ঙসিদি " মেরী " পাবি রবসিংগী মফমদ লাপ্থোকচব ঙমজরে। মতাং অসিদ ঈতেঙ পাংবীরকখিব ঐগী মরূপ অমদি সাপা তৌবগী মতাংদ অথুব ওইন পুথোক্লিংবদ থরাই য়াওন হোৎনবিখিব প্রেসকী মরূপ রঘুমনি লোইনন অতৈ খিবীক্কী মফমদ সিং'ঙমদ্রব লমন কয়া পূন্সিগী ওইন তোনসিনজরে।

অমন ঙসিগী সমাজ অসিদ নোক্লবিনবন কয়ানি, লক্লবিনবন কোঙ্গাইনি; অদুবু মদুগী মন্নুংদ ঐগী সরুকস্থ অত্তম ময়াওরবনি। খ্বাইদগী হেন্ন নুংঙাইজদবন বনানগা মতাং অসিদদি " মৈতৈলোনগী লাইরিক " হাঙ্গবদুমক থোকলে। অদুম ওইনমক লাল্লুরবনিন লঙজ-ক্লরব ইরালগীদমক পাবিরিবসিংগী মফমদ ঙাকপিনব হাঈজরি। লোঈনন মথংগী চেফোঙদদি অরানব. অরাৎপ কয়া মেনখৎচনব হোৎনজগনি।

—অইব

# মৈরী

## (১)

ঐহাক লাইরবা ইম্নুংদ পোকপ মরম্না লাইরিক-লাইশুদ থরাইনা ফম্না পামজহনস্থ মতিক চান তমথবদি ঙম্লমদে। অমরোমদ অহললমন অনিন ফম্না মীরক তিল্লহনবা পামজরবস্থ লৈত-লাইরগী শাফুনা য়ৈরবা ঐগী পূন্সি থোইদোক্লু অরাবা অমদি মীংবা কায়নিংঙাইগী মশক্লি। মখোইনা রাখিগনি খন্দ শেৎ-চাগদবা ফাওবা ইনীং তমজবা ঙম্লক্তে। অহুমকপু থম্লাই হকচাং য়াওনা হোৎজমমনগী, মহৈ ওইনা ঐহাক পিং ইউং সিং দংদি পাস তৌজরে। মসি ফাওবদং হোৎনরকপদ থেংনরকপ কয়া, তশেংনমক লাইরবা হায়বসি খুদোংথীনিংঙাইগী মশক ঙাক্লি; ইমাম্নবশিংনা লরার ইনকমগী, শেনফমদগী স্নুপা চহুম-চামরি হেন্না ফংনরবস্থ ঐহাক্তি লাইরমমদগী, পৈশা অম্না ফাওবা খক ফংবা লৈতে।

ঐহাক থোইদোক্প মকোক মথংমক নক্সবস্থু মীন শিংথানব ছাত্র অম হায়বত্থু ওইন হৌরকপনি অমন থক্লাইনস্থু লাইরিক লাইশুদ অস্তুক্কী মতীক লুপচবনি, অদুবু অরাৎপ কয়া অসিন মরম ওইদুনা সিঃ ইউঃ; সিঃ ক্লাস অসিন ঐহাক্কী ছাত্রগী পুন্সি লোমদুন মহৈ তম্বগী অরোইব লমাই অদ খুমজিনব তারম্মী।

ইমুং মনুংগী শোন্থরব, লাইরবগী মৈশান মীমাঙ্কব ঙমদ্রব শক্লোন কয়া অদুন নিংঙমদব-খাঙমদব ইনোৎ কয়াগ লোইননা এগী থম্মোইদ কুপ্প হৌরকলে। ইমা অমদি ববা অনিগী ৱারব ফিভম অদু উক্কবদগী ঐহাক লাইরিক মখা তমথবগী আশা পুন্নমক থাদোকলে মখোয়ন ফন হায়দুনস্থু ঐহাক অমুক তমথনবগী ৱাখল লৈত্রে; মদুগী মহুত্ত মখোয়গী মতেং খরদং পাংব ঙম্নব থবক অমত্তং তৌরগে হায়না চপ য়ুংন নীংলে। ফন তমথহন্নিংদুনস্থু উপাই লৈতব অমদি ঐনস্থু কন্ন তকশিনবদগী য়ারদুন ববাস্থু ঐখোই অনি চঙন ঐহাক্কী থবকথিব হৌরে। হন্দক ববা ঐখোই অনিন থিব থবকসি কয়াম কন্ন থিবগে হায়ববু সরকারগী থবক্কিদবু হায়রবদি ইয়া য়ারে করি হাইগনি পৈশা থোকপ থবক্কীদমক ঐহাক করিস্থু নাসুংবা লৈত্রে; অদুবু ভসিগী সমাজ অসিদ লাইরবন থবকথিব তশেংনমক পাপকী মশক্নি।

অমন ঐহাক হৌজিক-মতমগী চৎনরোল অসিগ কয়া চুনব মীতা নত্তে, মতম পুন্নমক্ত ইপা ইপুন চৎনরম্লব হিন্দু ধর্ম্মবু চেক-শিন্ন ভাক্ত চৎচব পাস্ব মীশক অমনি। অদুবু হৌজিক্কী চৎনবীদ তাউ-রিব 'লৈকাইগী' নহারোলশিংনদি ঐহাকপু মুংশিদে; মরমদি য়ু থকপ, ছার শান্নব, শা-য়েন চাব হৈনবী কয়া অসি দরকার ওইদব, মসিবু

হৈনত্রব মীওইদি নহারোলশিং অসিন মী ওইন খক থানদে অমদি তিন্নব য়াদে। ঐওোন্দস্থ ফিভমহুমক্কি। ঐহাক শা-য়েন চাব, য়ু থকপদি লায়রনন মনম ফাওব তাব য়াদে; চুরূপ বেরিগী মনম তাব ফাওবদ পুক অসি মথক-মখা ওল্লিবনি। তশেংনমক ঐহাক য়ামন হঙ্গোইগনব মীশক্কি; কয়ামুক হঙ্গোইগনবগে হায়ববু লম্বীদ শা-শল শেম্ব উকরব নিনি হুমনি ফাওবদি চাক চাব য়াদে মহুন লাইমন ফাওব ওইহুন হকচাং অসি শাথীন ফাওব শোকিহনব য়াওখি। অস্নুম ঐগী লমচংতি মতমগী চংনবীদগী তোপ তোপ্পী, মতম পুন্নমক্ক চন্ন থোং থাকপ মনা মশিংতবু পামজে; অহুগ নোংমত্তস্থ ইরুজদন চাক চাব লৈরক্কে, ঙা—ফাওব খক চারক্কে হায়ব য়াই। তশেংনমক ঐহাক্কি চন্ন চাব, চন্ন শেংপ, চন্ন লেনব পুন্সিবু পামজব মীশক্কি।

নাকল অমরোমদ য়ু থকপ, জ্বার শান্নব হায়বসি মতমসিগী তঙাই ফদন চঙত্রব য়াত্রব শুন অমগুম চংনরি; কনাগুম্বগী নৌন ফংন্নব মচা শুপা নুপীগী ষষ্ঠি পূজা, করি করিগুম্বদ লুহোং থোং দোংবগী পার্টি, হায়রিব ফংসনশিং অসিদ য়ু জ্বার য়াওত্রবদি ফংসম অহুগী মশুন য়াওত্রে অমদি য়াম্ন হস্থরব ফংসল্লি হায়ন লৌনৈ, লোয়নন হিরমশিং অসিবু হৈনত্রব মীশক অহুকুস্থ মতমগী চংনবী খঙত্রব অমনি হায়হুনা কয়া উশিংপিদে। ঐহাকস্থ মরূপ মপাংগী ফংসনশিং অহু য়াওরুদব নত্তে লুহোংব চংলি, ষষ্ঠি পূজা য়াওরুই অহুবু নহা-রোলশিংন, বাবু সাহেবশিংন থরাই লুপ্লিব য়ু-রম-রিক্কি, ব্রান্দি; শা য়েনগী অথোংব, অতাওব মমল য়াম্নব অথেনপোৎ কয়াহুবুদি খক

মিতাক্পদে। অস্নুম ময়ামদগী তোঙাল্লব ঐগী পূন্সি ভুংগীদমক ঈশ্বরন কুরি তম্মগদগে মস্তুদি খঙব ঙমদ্রে।

ইনথংলকপ মতমগী হৌরকপ ইচেলবু কনান থিংব ঙম্বগে। অস্নুম লাইব্রেরব ঐগী থম্মোইখুংদস্থ অম্মমঙাই, যৌবনগী ল্লাকঙম ফাঙমদ্রব-ইহৌ অমন থবক থিবগী চিল্লব হাঙ্দ্রব মতমসিদ তাল্লক য়েংন্নুন তম্নুন য়ৈব হৌরকখি। অঙৈইবমক পূন্সি লমশাঙদ হক্তুনা থনম্নব তাক্লকপু কনান কাল্লুন চংপ ঙম্বগে। এহাক ঐখোয়গী লৈকাইদা লৈবী শক-চুদ থোইদোক্ল চঙখোল্লবী মেমবু থম্মোই মনিংদ মুংদ থমল্লুন হন্ন হন্ন শাগংলকই মুংশি মুর্ত্তি অম। তশেংনমক পীশক পিক্লিঙৈদগী তোংনরকপ্, নক্লন ল্লেনমিল্লরকপ কযা অসিদগী মেমা মা ঐস্থ তংন থানব নাইদ্রব মুংশি লীপুম্ন পুনত্রব শাবী শানৌগী মশক্কুম চঙখোল্লকখি। অস্নুম ৰারব নংলব, খুদোং থীবৰ পোংলুম কর্বা ঙাসিন হন্ন হন্ন নন্দুনস্থ মস্তুগী মথক্ত নৌহৈনন অম্নুক মুংশিবগী-পুঙমদন মুংঙাইরব পোংলুম অমনস্থ মস্থব হৌরকখি যৌবন পূন্সিগী তাংককসিদা।

হৌজিক মতমগী চংনবী; লৈকাইদ কোইব, নক্তব লৌব কবিন হাযববু লম থাপ্ন চত্তুন কোইব মতম মাঙঙি, প্রোংগ্রাউ ফুবিং ভিংঙি; অম্নুগ খ্বাইদগী হেন্ন ময়াম্ন লৈকাইদ কোইনবদি অশেংব অচুম্ব থিবসি অসিনি। লৈশাবী ওইরিব্রা ওইন্দ্রববা হায়রুসি লম থাপ্না কোইনবদি খঙবদ ক্লাম থোকই। মবম অন্তুন লৈশক মুন্ন শঙবী লৈকাইগী লৈরাংবু নাপদ থেংনব হোংনবৈ শাফবু খোইমুশিংন।
"অঙৈইবমক লৈখোক লোয়হুন নত্রগ লৈমন চন্দুন লৈখোংদ কেনত্রবী

লৈরাংবু খুন্দুন পাবং লেংলগ অথৌবা কনান মওংদু শিনিংগদগে"। অদুবু ঐহাক্কি অসিগুম্বা ব্রাখল লৈরবন লৈকাই অমত্তদ চাউমিল্লরক্লবী মেমবু নুংশিরুব নত্তে; মক্কুব থম্মোইদগী হৌরকপা নুংশি ইচেন্দ তাউথমিল্লবনি মা-ঐ। ঐনা মেমবু কদাই ফাওব নুংশিবগে হায়রবদি-ইশাগী মমল কাউথোক্লুন মহাক্কী মমত্তবু হল্লা হল্লা লেপ্পা লাক্লে, লেপ্প-লেপ্পগ হেন্না হেন্না ব্রাংখৎখিদুন মহাক্কুন জগৎ পুম্নমক অয় তৌখি। মহাক্কী মফমদস্থু অদুমওাই ইশুংলাংগীদমক ওন্নমক নাচুংদন ইনাক্ত লেপ্লখি; চুংমিন্নে থরো থম্বাল চাব কয়া, কোন্নমিন্নে সাইকল মনিংদ পুদুন অদুগ য়েংমিন্নে পুন্না সিনেমা কয়া। অময়োমদ মখোইগী অহল লমন অনিনস্থু ঐখোই অনিবু পিশক পিক্লিডৈদগী লোইনরকপা তিল্লরকপগী মীনুংশি অদুমক ওন্সি পাখং লৈশাবী ফারব ফাওবদ থোইদোকপ চিংনবা লৈতন থাদোকই। নোংঙাল্লমদাইগী ব্রাকিং কয়া চৎমিন্নে মা-ঐত, ঈংলব অয়ুক্কী নুংশিত্ত নৌহৌন য়েন্নিং হুনখি মা-ঐগী নুংশি য়েন্নিংস্থু। করিগুম্বদ লৈকায়গী নহারোনশিংন অমদি কনা কনাগুম্বন ঐখোই অনিবু লক্লরকখিদব নত্তে করিগুম্বদ হায়রকখি "উরিন নক্কুব উপান্দ য়েংলি হায়বদুনি"। ফন লক্লব, হায়নব য়াওদুনস্থু মেমা অমদি ঐহাক্কী যৌবন পুন্সি লম্বীদ থেংনরকত্রি খুদোংথীব অমত্ত, তাউথমিল্লরি ইনিং তম্ন পামজব ইপাকসিদ।

মীওইবগী পুন্সি অসি খুদোংথীব কয়ান মিন্ন ওং ইন্দুন চৎপদৌন চৎলি হায়বদুনি। নোংম মেমা ইবান্নি সাইকল অমদ পুন্না তোংদুন মকোই-নুংঙোন চীংদ চৎলি। চীং মথক্ত কাখত্তুনা চীংগী নিংথীজরব দৃশ্যবু য়েংমিন্নে মিৎ পেন্না, শামিন্নে নুংশি ব্রারি কয়া

মখল মথেন, ফোংদোক্নখি থম্মোইগী অপাম্ব কযা মওন-মওন। অসুম্ন মতম কযা লেনমিন্নখি চীংগী চীংথক অদুদ। মুমিদাংব্রাই স্নৌর-ক্লবদ চীংথক্তগী কুমথবক্তুন লাকমিন্নখি অমুক ঐখোই অনি। চীংখা হেক যৌবগ অকনব নোংলৈ মুংশিং, খর চংলগ থেংনখি সনবী অমন মচাবু কৌব-কৌবদুন চেনখিব। মদু পুন্নমক উন-উন যুম তম্লকখি ঐখোই অনি। খুদোংথীব কযা অদুন মবম ওইদুন যুম যৌব মতমদদি খব থেংদোকপ্রে। থেংলব মতমদুদদি মমা মপা অনিন মঙ্গোন্দ মেমবু ঙাইদুন লৈরম্মী অদুদগী মেমগী মপান ঐঙোন্দ হাযবকখি "নখোই অনিমক অঙাং নত্রে নশা নশান জ্ঞান তাবব মতমনি, অদুন ঙসিদগী নখোয অনিগী মহৌশাগী লমচংসে থাদোক্নৌ অউব মীনস্ন ফজন হাযনবোইকো"। মতৌ অসুম্ন মুমিং অসিদগী হৌন মেমগী মমা মপান ঐবু চিংনব মিংযেংন যেংব হৌবকখি। মুমিং অদুদগী হৌদুন মেমা অমসুং ঐহাক উম্নদুন ব্রাবী ব্রাতাই শানবগী খুদোংচাব পুন্নমক মথং মথং মাঙশিল্লকখি। ঐসু হান্নগুম মখোইদ চিংনব লৈতন চংলম্বদু হঙ্গোইবকলে, কবিগুম্ব চংলুববসু মেমগী মমা মপান ঐবু যান্ন কুপ্ন চিংনব মিংযেংদ তত্তুন যেঙভি। অসুম্ন মমৈথংদদি ঐহাক মখোই যুমদ চংব ঙমদ্রে। অসুম্ন নক্লবসু থোইদোক্ন লাপ্নববগুম মা-ঐ উনদন মতম কযা হৌখ্রে।

লাইবক হাযবসিসু পুন্সিগী লম্বীদ খক লৈবমদব নত্তে! ঙসিদী ঐসু থবক থিবগী ব্রাবব পুঙমদ্রব খোংচং অসিদগী পোত্থানব উ-পাই অমদি ফংজবে; ঐহাক উথ্রুলদ ওজা ওইক্লনবগীদমক সরকারগী স্নাথং অম ফংলে। অসুম্ন কুম্লাং কযা লিশাং শিংন থবকথিবগী

লোইশঙদ লৈরুরব ঐগী মিং অদু উথ্রুগী চীংদোন্দ য়োব তারকখি। থবক অম ফংলবনিন য়ুমগী অরাবসি খরমখৈদি কোক্লগনি। মসি খল্লুবদ মতম কুইন ফুনগৎলক্লব স্বর অমত্তংদি হোন্দোকলে। অদুবু নরুন থাপ্নরবী মেমবুদি অমুক্ত হেন্ন থাপতোক্লরগনি, মিৎমাংসিদগী মুংশিরবীন তামহৌ তামহৌন চীং লৈবাক তম্ন চৎপ তারবনিকো মসিবু হেক খল্লুবদ কাইন চৈফু অমনদি কোকথক অসিদ অনৌব চৈনাখোনগী শাফু অমন য়ৈরখি। অমরোমদ পীশক পিক্লিডৈদগী অহিং অম থাদোক্লরক্লব ইমা ববা অনিবু থাদোক্লুনা চৎকনি খল্লুবদ নৌহৌনন থম্মোয় অসি পেশ্বরকখি। রাজরক্লবী ইমান তত্তন পাউমেম্ব হৌরকখি, চৎহন্নিংদবন অমুকসু খামজিল্লকখি অদুবু চত্তবনদি হিংনবগী উপাই ফংব ওন্নমদে।

ঐহাক্ল হন্দক চৎকদৌরিব অসি উথ্রুলগী মুংহার হায়ব মফমদুদ এমঃ ইঃ স্কুল অমগী হেড মাষ্টর ওইননি। অমুক শেম শাদুন ঐহাক চেকশিনন হোৎনদুন মেমগী মফমদগী বিদাই লৌনব তানজা অমত্তং লৌরব ভুন্দ মতম খরদংগী মহাক্কী মফমদগী বিদাই লৌরে - মহাকসু মথম্মোয় কায়বমখৈ পিরাং ঈহৌন পীনিংদ পীনিংদ বিদাই পীরকখি। অসুম্ন ঐহাক চৎনবগী থৌরাংদ মফম অদুগী লম্বী থোং, মাইকৈ পুম্নমক অখং-অহৈশিংদ হংদুন নিংথীন থিজিল্লে। মুংহার উথ্রুল প্রোপরদগী মাইল তরামাথোই তরানিথোইরোম চংশিল্লগ লৈ।

---

# (২)

উশ্রুল রোডনি। ঐহাক বস তোংহন চংলি। থেক্ল-খোইরব লম্বীগী তুং ইন্ন চেল্লকপদ যেংলুব খুদিং অঙকপগী মশক ওই। হন্দক্কী খোংচং অসিন ঐহাক্কী অথাপ্প লমগী অহানব খোং চংনি। থোইদোক্ল পুক্লিংদ মুংশিব পোকই চীংলক চংপ লম্বীন অযাম্বনি; অমুক থেকচিন অমুক থেকতোক ইপাই ফওব ঐদি হকচাং অসি মুং মুং কাব হৌরকই। অঙম্ব থৌগংলকপ গারিগী মখোয়ে, কোনা থেকপগী লৈবনে, গারি মন্থংগী হৈনদব মনম কযানে ঐহাক ষাম্ন শাথীন কোক ঙাওরে। অত্নবু ফম্মিব অংল অমন মতমবাক্ক ঙাথহন্দুন শেম্নবীবদগী থরমখৈদি খাঙব লাক্লে, অহন্দুন মন্ন কযা কোক্ক শোন্দুন কামথবী জত্নগ গুলী অনিথকম্ব লৌথোক্কুন পীক্করে; অত্নদগী থর থর যবক্কুন ঐহাক অহল অত্নগী সেবাদগী অত্নগুম্ব খুদোংথীব অত্নদগীদি থরমখৈ নাম্থোকপ উমলে। ফজরব উশ্রুলগী

লম্বীনি; লম্বীগী নাক-য়েৎ অনিদ য়েংথোকখিবদ পূক্লিং হূরব পাম মচা মচা উব ফংই, অদুগ লম্বীগী নাকন্দ হৌরিব উ-পাম্বী কয়া কয়ান লৈন লৈন লৈহৌবহু থোইদোক্ল থম্মোই শুক্ষংনিংঙাইনি। মরক মরক্ত খোঙন চৎলম্ব মীওই অম অমনিস্থ লম্বীগী চিদাইদ থৈদোক-হৌই, লমদম তাম্ন লাকপগী হৌনব পূক্লিং অসি মণ্ডল মণ্ডল থল্লকই। ইমা ববা অনিন তরক তরক লৈহৌব, রাজরবী ইমাগী পাউমেন মথং মথং নিংশিংলগ পিরাং ঈহৌরক্তবস্থ নত্তে। অমরোমদ তামহৌরবী মেমন কমদোব মিৎমাংদগী লালহৌরবদ অমুকস্থ থম্মোই অসিন থম্বল্লক্তব নত্তে "অরোনব খোইমু কনান লৈখোং শংলমগব"।

অস্থম অস্থম চংশিল্লকপন চীংলোন কয়ান থলহৌরেদো ইরমদম। চীংগী চীংমাইথক্ত পামলৌ য়াল্লিবী চীংগী চন্থরাশিং-অনৌব পূন্সি অম মিৎমাংসিদ উব ফংলকই, চীংচেপকী অহোব মখুল কয়াদ চেম্থরকপ ইচেন কয়া তমফা লিকলাং চাইথরকপগুম চংখোল্লি। অস্থম্ন অঙকপ, মুংঙাইব, মুংশিব, পূক্লিং তুজুংব শকফম কয়া য়েংন য়েংন তামশিল্লক্লবদদি কদোম পাংন চৎলিবনো হায়ব ভাব তাব ঙম্লক্তে, অহানবদ ফন নিংথীন জ্ঞান তারম্বনি। অসিগুম্ব চংখোল্লব লম্বীগী দৃশ্য অসিমক মহাকবি কনাগী কলমন য়েক্লম্লবদি জগৎ ফাওরব মহাকাব্যগী পুক্নৈনুংদ অমর ওইন ঙাম্নুন লৈরুগনি উখ্রুলগী লম্বী।

লেপ্তুন চেল্লক্লিব গারিগী খোংজেম্ন মথং মথং তুংওইনরমহুন ইমফাল সহরবু লাপ্ন হুন্দোক্লম্লবগী তুংদ উখ্রুল বজার য়ৌরকলে। গারি থারে মথং মথং কুমথনহুন মাগী মাগী পোৎ লৌথনখ্রে ঐছাকস্থ ঐহাক্কী তরং বেডিং অহু থাংথরে। অওইবমক অনৌব মফম অম

গুইন পুন্সিগী গুইন ইনৌ নৌন থেংনররে। পোৎ-চৈ থাংথবগ গারি তোঙ্কপগী অরাবিদ্ধ খর অমদিদং হোন্দোক্লগ মফমদুগী তাংখুল অমদ চৎকদব লম্বী অমদি মুংহারগী মরমদ হংলে মংহার চৎপ তারবদি প্রাইভেৎকী খারি নত্রগ মিলিতরি গারি নত্তন অতোপ্প অমত্ত চেনদে অহুন ঐস্ন লাইবক থীবদগী খোঙন চৎপদ মতারে। থোইন থীম্বব কান্নদ্রে খন্দুন মুংহার তাব, অহন্দুন তাক্লকপ লম্বী অহুগী মতুং ইনহুন মফমস্রিদগী মাইল তরামথোই-নিথোই লাপ্লিব মুংহারগীদমক চীং লম্বী অহুদ বেডিং অমদি তরং অনিমক অমন অমুক য়ান্ন অমন লেংবান্দ অমুক থোং খোঙশানব হৌরে।

ফজরর মুংহার তাব উথ্রুলগী লম্বীনি। চীংমায়-চীংচেপকী অহোব মখুল কয়াদ পীক্লব হৈচেন্ন ত্রোং ত্রোং লাউন অরেপপ নাইদন চেন্থুরি। সহরগী মিলখোংব পুন্নমক অন্থুম অন্থুম তামহৌরে; চীংতুংগী উচেক রায়া, মশক খঙব্রব খোনজেল কয়ান ঐবু তল্লরি। ঐহাক কিন-কিন অহুম চৎখৎপদি লেপতে; খর চৎলবগী তুংদ ঐন হন্ন য়েংখিবদ উরকই তাংখুল নিপা অমন খোংথাং কন্ন ঐবু তান্নরক-পগুম চৎখৎলক্লিব অহু। ঐহাক কিরন লৱাই লুতোন শাৎথ্রে; করি ত্রৌগনি অঙম্ব চীং লম্বী অসিদ তরং-বেডিং অনিগী অক্লম্বনে। মফম খঙদন ঐস্ন খোংথাং কনথৎলি। রাবনস্নু শদৌ থোংলে পোকপদগী অসিগুম্ব লম্বী অমুক্লস্নু চৎখিব লৈত্রি, ঐন চীং কাব হায়রবু অঙাং ওইরিঙৈদ চৈরাওচীং কাব, অহুগ নোংম মেমগ লোয়নন মকোই মুংঙনচীং কাখিবু অহুমঙাইরি। অহুবু ঙসিদি শাংলব মাইল কয়াগী চীং লম্বী অদি লুম্নর পোৎচাও অনিগ লোয়নন কাব তারি মুংদ

তাংখুল নিপা অমন কৌর-কৌরদুন তাম্নরক্লি। ৱাবন থাওম্নক্তব্রদ থোক্লব অম লাক্লব হায়বদুনি খনদুন পোৎলুম্ন অদু থারে, অদুগ লাইবক য়েংনরগে হায়বগী ৱাখনদুন শেম শাদুন লৈরে। তাংখুল নিপা অদুস্থু ঐগী ইনাক য়ৌশিল্লকলে; ঐহাক মিৎ-না শিংন মাবু য়েংদুন লৈরে অদুবু মহাক থোইন ফত্তবগী মওংদি [illegible] তৌই। য়ৌশিল্লক্লবদ মহাক্ল হায়রকই।

— পাখং নং কতাই চৎকেরা?

— দাদা ঐহাক নুংহার চৎকে লাকপনি।

— নুংহারতি ঐখোইকী খুননি, ঐখোইকী খুন্ততি করি থপকীনিন?

নিপা অদু নুংহারদগীনি হায়বসি তাবদ ঐহাক থোইদোক্ল নুংঙাইব পোকই, পুক্লিং অসি ইক্লম লুম্বগুম তৌই হৱাওবগ লোয়নন হায়ক্লই —

— য়াম্ন নুংঙাইজরে দাদা, ঐহাক্তি লম অদুস্থু য়াম্ন মুম্ন খঙদে দাদান খর লমজিংবীয়ু।

— এঃ লাউ ঐক চৎসি!

অস্থুম্ন ঐখোই অনি খোংবু ওইদুন লম্বী চৎপ অমুক হৌরক্লে। চৎন-চৎন ৱারিস্থু শামিল্লে —

— পাখং নংতি ঐখোই খুন্ত করি থপক লৈপ?

— দাদাখোইগী খুন্দ এমঃ ইং স্কুল লৈবিবরা?

— অঃ ইস্কুল লৈয়ে।

— ঐহাক মদুদ ওজা ওইব লাকচবনি।

— আঃ ওচা ওইপ।

— হোই।

— নংলা ঐখোইকী খুনকী ওচা অম লাক্কনি হায়পতো ?

— হোই রোইরম্ব য়াই।

— অসঃ য়াম্ন ফখরে ওচা অত্তু ওচাতি করি লমতকীনিন ?

— ঐহাক ইমফাল্দগীনি।

— থুংপন কনাকীত থুংপ ?

— খুল্লাকপ হায় মাগীদ থুংগনি।

— য়াম ফৈয়ে, ঐসু খুল্লাকপকীত যৌকনি চৎমিন্নসে। সে নহাক যাম্ন রান উরে পোৎ অমসু পাইপিকে !

অসুম্ন মহাক্ত তরং অত্তুসু পায়বিরত্তুনা রারি শান-শান চংমিন্নরে। ওসাই অহাম্বদ কিরম্ব অত্তুদি কোকখ্রে অত্তুবু ঐনদি অমুক্ত তোৎনত্রিবনিন করি তৌরকখিগদগে হায়বগী চিংনব অমদি ফাওদব নত্তে।

— দাদা য়োৗগদব কাযাম রাৎলিবগে ?

— য়োৗকতৌরেত ; ওচা নখোই মীতৈ মচাশিংতি চাংত চৎপসি যাম্ন রাকল্লি। অতুপু রাকনো খুল্লাকপ শংলেনকী য়ুম য়োৗরক লুংঙ ইন পোত্থাকনিয়ে।

— খুল্লাকপগী মিংল শংলেন হায়রিবসে ?

— মানি, মাতি য়াম্ন ফপ মীনি — নং লুংঙাইন লৈকনিয়ে রকনো ওচা, মচা মুপীসু য়াম্ন ফপনে— — —।

মহাক্কী রারি তান-তান থর চৎলব তুংদ অমুক হওডি

= দাদা ঐখোইন চৎলিব লম্বী অসিবু মমিং করি কৌবগে ?

- মসিকী মমিংতি খারাসোম রোং কৌয়ে।
— মসিন্ করি করি খুল তাব য়াবগে ?
– লমপী অসিত অস্নুম চৎলক মুংতার, মুংপী, কালহাং, কুইরৈ খুন ময়াম অম তাপ য়াইয়ে।

অস্নুম লম্বী, খুন্, চীং কয়া তাংখুল নিপা অহুদ হংডি; মহাক্সু ঐঙোন্দ নিংথীন তাকৃপি, ঐহাক্সু পূক্নিং চঙন তায়। চৎন-চৎন মতমদি অস্নুম থেংজিনখিরন্মী। সুমিৎ তাখিগদৌরে। ঐ নিংদোল চোংব হৌরকই অমুক্ত য়ৌদ্রিব মফমহুদ, পোকৃপগীস্ন শকৃখংনদ্রব ইমুংহুদ করম্ন থুংঙুব; য়োৌগদ্রা য়ৌরোইদ্রা অসিফাওব খল্লকই। অমুক্ত য়ৌরগন মীগী য়ুম অহুদ করি তৌরুব, অমরোমদ চীংগী য়ুম অহুদ — ! মথং মথং খনবদ ঐ স্বর ফুনগৎলকই। অমুক্ হঙডি।
— দাদা খুল অহুদদি হোষ্টাইল হায়বহ্ন লৈতব্রা ?
— মভুতি করম্ন হায়কনি।

মহাক চিংনবগুম অহুগ শাওবগুম তৌই মহ্ন উবদ ঐহাক্সু অকিব ফাওরকই।
— ঐদি চুম্ন য়াম্ন চম্ন হংজবতনি করিস্নু চিংনবিগন্নু দাদা।
— ওচা কো তাংখুলতি অয়ামপ মভু ওইপনে নাকা ঙাকনেকো।

ঐহাক্ ভুমিন্ন লৈরে; অহুগ ঐহাক্ক মখোইগী মরক্ক লৈক্কগদৌরিব পূন্সি অহুগীদমক রাদব, তুজুংদব ঙম্লক্কে; অকিব, অথুকপ মথং মথং ফাওরকথি। ঐহাক্কী ইতৌ অহ্ন খঙলমালে নিপা অহুন জোরো জোরো ওইন মখা তান হায়রকই।

— এঃ চিংনকনো সিফাইস্থ য়াম্ন লৈপনে। থা অমকী মমাংত নোংমৈ য়াম্ন কাপনৈ হায়পতো আঃ মাওত উরিপ চীং অসিতনে। মী য়াম্ন শিগ্রে অত্থু হৌচিক্তি করিস্থ তৌত্রে!

— ইরাংসি য়াম্ন কনত্রবনিকো দাদা?

— কনত্রে অত্থুক কিকনো মুংহার খুনকীতি শংলেন খুল্লাকপন ইঙম ঙর্মপনে। মহাক্তি মপুকস্থ কৈ, শেনস্থ পায় অত্থক মীতৈ মচা লাকপ খুতিং মাকীত ঙমন খুংপনে। ওঃ মাস্থ ওচানিনে; ওচা ফরে হোষ্টাইনগী ৱারি পংশা শাকনোসে মীন তাগ্রগ সিঃ আইঃ তিঃ নি হায়কনিকো।

মথং মথং লাকপন মুংহার খুন য়ৌরকপদদি মুমিৎ তাগ্রে তাংখুন মুপা অত্থন লমজিংত্থন ঐহাকস্থ খুল্লাকপ শংলেনগী য়ুম য়ৌরক্লে। হুইন লেপ্তন খোঙঙি, নমথীব মনম অমনস্থ পুক অসি থুক থুক লাউহল্লি। য়ুমত্থ য়ৌরকপগ নিপাত্থন কৌই।

— খুল্লাকপ খুল্লাকপ ———

ইমুদেগী অহল ওইরপ তৌরব নিপা অম থোরকই অত্থগ—

— কনানো করিনো?

নিপাত্থন খুম্মী।

— ঐনে ইমফাস্তকী ওচা লাকএ

— হাঃ ওজা লাকপ লাও য়াম্ন মুংঙাইরে। হাই মেরী লাও ইমফান্দগী ওজা লাকএ পোৎ লৌরো লাও।

অস্থম্ন হারও হরাও ঐবু ওজুন ইমুং অত্থদ পুশিল্লে। অত্থদগী শা মউন্ন কুপ্প মোন্না অম থাত্থন ঐবু ফমহল্লে খুল্লাকপন

য়ামন হরাওন ইরাং লাওভি। লাকমিন্নব ইয়াম্ব অহুস্থ ঐবু শিন্নরম্নগ হুয়েং অম্লুক উন্নরসি ইযাম্ব চৎলগে হায়হুন চৎখ্রে।

খুল্লাকপগ ইবাম্নি ৱারি শাহৌই। মহাক্ন হায়

—ওজা লাকপ য়াম্ন মুংঙাইরে স্কুল অসিগী ওজা অমত্তং গোভর্নমেন্টন থাবীরকপ ঙাইবনে অহুবু ঙসিদি য়াম্ন মুংঙাইরে। ওজাগ ৱারি য়াম্ন শাননিংবনে অহুবু ঙসিদি অঙমব চীং কারকপগী য়াম্ন ৱারম্বগনি চাক থোংহুন চারগ পোথানব তৌবিরো। করিমত্ত হুংগোইগনো ঐদি ইচা মুপীগ, ঐগী খুপীগ ঐখোই অহুমদমক লৈবনে।

ঐন খুম্মী।

— ঙসিদি ঐ চাক থোংজররোই ঙসাই ইমফালদগী তল খর পুজরকই মহু চারগ য়ারনি।

খুল্লাকপন চাক থোংহুন চানব হন্ন হন্ন হায় ঐহাক্ন য়াখ্রে। ইমুংগী নাকল অমদ লিফক অম থাহুন ঐগী হিপফম পীরম্মী, অহুগ নোংঙাল্লগ ঐগী লৈফম য়ুমহু নিংথীন শেম্নব হায়। মখোইন হায়ব খুদিং ঐহাক তাশিল্লি পূন্সি অসিদ পুমনৌ নৌরব ইমুং অমনি। ঐহাক তল য়াওরকপহু চাননব শেম শারে, খুল্লাকপন মচা মুপীদ ওজাগী ঈশিং পীয়ু হায়হুন থৌদাই অহুগ ঐগী তুমফম মনাক্ক্‌দ থাওমৈ অম থাম্নবসু হায়রে। মপাগী ৱাহৈ তাবদ চংখোল্লবী চীংগী চন্থু অহুন মক অমদ মখুৎ নামন ঈশিং অহুগ মখুৎ নামন মুকক্ষুন শেম্ব বোদোন অম পুহুন ঐগী নাক্ক চংলকই। ঙাং-লৈনরব মৈরিন য়ৈবদ সনা অহিংবন ফুদোংলবী লৈম খিবিক্কী শক্লোনগুম মহাক অহুন ঐগী মাঙদ লেপ্লম্মী। অহুদগী

— ওজা ঈশিং—

ঐগী নাক্ত থম্লরে। য়ারনি যাবনি হাযন্থন ঐহাক তল অন্থ চিংথোকই। অন্থদগী মঙোন্দ নংসু খর চাও হায়ন্থন তল অনি অম পী। মহাক্ল লৌ হায়ব য়াদ্রবদ খুল্লাকপন নংগী ওজান নুংশিন্থন পীবনি লৌ হাযরক্লবদ মাস্থ লৌরে। তশেংনমক নুংশিন্থন পীজনিংন পীরুবনি।

অস্থুম্ন মুমিং অত্থুম চা-থকপ লোইন্থন শকখং মাইখংনব অমদি লম্মিং তুম্মিং খরগী মবমদ রারি ঙৈহাক শানরব তুংদ ভুমননব শেম শানরে। -মখোইস্থু রান কাংথক হান্থন শাব ফমুং অন্থদ কাখত্তুন ভুমথ্রে ঐস্থ য়াম্ন রান লাকপন বেডিং তিংথোক্তুন অন্থম্মক ভুমথরে।

---

(৩)

অহিং হৌগ্রে, নোং ঙাল্লে। ঐহাক হৌগৎলে চীং লম্বীদ লমশাং লাকপগী চোকথবন ইতেক তেকই হকচাং অসি। তুথব্রস পায়ত্থন ইমুংদগী মপান থোরক্লে। কদাইদ ঈশিংখোং লৈবগে ছায়বত্থদি ঐহাক খঙদে অন্থবু য়েনখারোমদ থোরকপদ মেরী সম অমদ ব্লাগী উতোং খর হাপ্লত্থন পুরকই। অনৌব ওইবন ঐহাক খংনিংবন অউব, অতাব খুদিং হংনিংগুি। হংগুি—

— নংন পুরক্লিবত্থদি করিনো মেরী ?

— ঈশিংনি ওজা।

মাহক্লা খুম্মী। ঐসু ঙসাই মথৈ ঈশিংগী খনব্দ ব্লারম্বনি তানজা ফংলত্থন হংগুি।

— ঈশিংদি কদাইদ লৈ ?

— ঈশিংখোংদি চীংখাদনি ওজা ।

— চীংখাদ ?

— ওজাগী ঈশিং উতোং অম লৌবীয়ো ।

সমদগী ঈশিং উতোংনি হায়বহু অম লৌথোক্কে তৌই। ওরাংসু হঙোই হঙোই লেপ্লে ওসিদি উতোংদগ ওইশিল্লে হঙোই মল্লহন মহুদি খওহন্দন হায়রুই।

— লৌত্রবসু য়ানি, নখোইগী ঈশিং শোকফম খোং অহু ঐসু মফম খওগে অমুক্ত তাকউ।

— ওজান চংকে হায়রবদি লম্বী অসিদ চুন্ন লোকখা তান্ন চংপীয়ো ।

ঐসু মহাক্কী ঈশিংহুদগী নাখোক্লবদি হায়ন খন্দুন লমবী অহু হেক তাকপগ মাযগৈ অহু তম্ন অহুম চংথরক্লে মেরীন করিনো। হায়হৌবহু তারক্লে। ফন শাংন চংলক্লে অহুবু য়ৌবদদি মনাইদ্রে . য়ৌমল্লক্তব অহুদদি ঐসু চিংনব কয় পোক্লক্তুন হল্লসির হায়ন ফাওব খল্লকই। অহুবু চিল শেংলুবগী হৈনদব ঈশিং পান্নকপ অহুমক অহুমক লেপ্তুনদি চংলি; চংল-চংলগ অসুম অসুম কিরকই। মমৈথংদ. য়ামন শাংন চংলব ভুংদ মীখোল খর তায়; ঐতাক থোইনহুম অকিব পোকই মী চিকপহুদ। অমুকসু খল্লি হল্লসিব ঐবু! কিবন স্বাই স্বাই লাওই খোওথাং খুদিংগী কোকচাওবী

কায়। তানজ্জ অহুদ ঙসাই মেরীন তৌখিব অহুগুম্ন মুপী অমস্থু সম অমদ উতোং খর হাপ্তুন কাখৎলকই, ঐহাক নিংশিংলকই মহামসিস্থু ঈশিং শোকউরিবজ্জাৎনি। কিরম্বস্থ খরদি ফরে অমুক প্রেপ প্রেপ কুমথরে উচিননাচিন্ন লোক অহু থেংনরে। মফম অহু খুনজ্জাসিংহুগী ঈশিংখোং ওইরমালে অতোপ্প সম পুবী মুপী খরস্থু ঈশিং শোক্লম্মী। ঈশিং অহুস্থু য়ামদে, খর লৈরিব অহুস্থু ইনৈ নৈরে শোক্লরিব অহুস্থু তুম্বাগুম্ব, মগকুম্বন কনকন্দুন শোকনৈ। ঈশিং অহু উবদ ঐহাক চিন তেংবফাওব হঙ্গোইরে অহবু তেংদব য়াদবদগী হঙ্গোই-হঙ্গোইন অহুম্মক তেংলে। অহুদগী অমুক কাখৎলক্লে। যুম যৌহুন ঙহাক পোখারব তুংদ ঐহাক চাক থোংনবগী রাখল খল্লুবদ ঙসাইগী ঈশিংগোং অহু নিংশিংলকই, ঈশিং অহু খম্বদ হঙ্গোইরকই। অহবু চাদবদি য়াদবনিন খুল্লাকপগী ইমুংদগী শিলভরগী কোন অমগ তেকসি অমগ লৌহুন লোকখা তম্ন ঈশিং শোকপ অমুক কুমথরে। মখোইগী তুম্বা অহুন কল্ল-কল্লহুন কোল অনিহু ঈশিং শোক্লগ হল্লক্কুন নুংহারদ অহানব চরাগীদমক্ক শেম শারে।

চেং অসি অঙকপনি হায়ব য়াই। ফৌমানস্থু য়ামন য়াওই অহুগ মচুস্থু ঙাংলি ঙাংলি তৌই। লাইরব ইমুংদগী হৌরক্লবস্থু ইমা ইপান ইতোমত পোকপ, লুন চান্ন তৌবীরকপন ইমান পোকপদগী চাক থোংবসি ঙসিন অহানবনি হায়ব য়াই। উচিন

নাচিন্না চাক অদু থোংলে ইনছাংদি আলু খর ঙান্দ্রুন_ মহুন মেৎলগ অদুম মচারে। চাক তোক্লুন কোল্লিক লোইশিন্বগ স্কুল চৎনবগী মতম ওইহুন অহানব হুমিংনিন খর ওন্না চৎসি হায়ন খুল্লাকপ অমসুং মেরীগ লোইনন স্কুল কামিন্নরে। স্কুল অদু য়ুম অদুদগী মাইল অমদি খর হেনব য়াই। হেক য়ৌবগ ওজাশিং শকখং মাইখংনরে মখোইনসু হেড মাষ্টরগী চাজ্জ শিন্নরে অদুদগী ছাত্রশিং অদুগসু শক খং মাইখংনহুন ররী রাতাই খর শামিন্নরগ লৈফম চাফমগী শেম-শারুনব হায়গুন খুল্লাকপগ ঐখোই অনিদি য়ুম্লোমন্দ অমুক হল্লকমিন্নরে। লম্বীদ খুল্লাকপন মখোই চীংমীগী, তাংখুলগী অমদি নুংহারগী ওইব চৎনবী মখল মখা অয়ামব তাকপী ঐহাক্সু পূক্লিং চংন তায়।

খুল্লাকপগী য়ুমজাও অদুগী মখা থংবদ য়ুম মচা অম লৈ মহুবু ঐহাক্কী য়ুমথুংফম ওইন পীবিহুন য়ুম হেক য়ৌবগ খুল্লাকপগ লোইনন শিংতোক-শেংদোকমিন্নরে। হান্না লৈরম্ব রাগী কাংথক অদু নিংথীন নাখোক্লুন মহুদ ঐগী ফমুং শেমলে লৈরং মচা অমসু নুঙ থিরুহুন শাজরে। য়ুম মচা অদুদ অসুম্ন ঐগী তৌফম থোকপ পুন্নমক তরু তরু শেম-শাব লোইরকপদ হুমিংসু তাগদোরমলে। ঐগী পূন্সিন নুংহাবদ অসুম্ন ওইরক্কনি হায়বসি কনান থাজরুবগে। তম্ব ঙমদে মীওইবগী পূন্সি। ঐসু ঐগী অনৌব য়ুমগী লৈরংদ হুমিদাংগী চাক থোংনবগীদমক ঙসাই অয়ুক্কী কোনশিংহু পুহুন ঈশিংথোং অদু তম্ন ঈশিং শোকপ কুমথরে।

অঙকপ খোংনি। মতু চীংজুমদগী শুমথরকপ ঈশিং ওইগনি ঙসাই অয়ুক লৈহৌবহুদগী ঈশিং থরদি হেনগৎলমলে। অহুবু ঐগাক চংথোক চংশিন থবক ইনখাংদ চনপ্পরব হকচাং অসিবু লুথোক্লবগী ঈশিংদি থাজদ্রহুন তুম্বান ঙসাইগী মতৌগুম কন্দুন শোক্লগ হল্লকুন চাক থোংলরে। মখোইগী চেংহুন থোংব চাক অসুক্কী মতীক হাউখিদ্রে, মনম মহুগ মশক অহুগ ঙসাই অয়ুক্কি থোইনবু খল্লুদে হৌল্লিক্কি খর চারগ থুক থুক লাউহুন হন্দোক্কে তৌবদগী অহুমমক তোক্লে। পুক অসি থম্ন চাশিনব ঙমদ্রে। ঐন চাক চাব লোই-রকপদ মেরী মমাম্নবী অমগ লোইনন ঐগী অনৌব য়ুমহুদ চংলকই। ঐন -

— মেরী লাউ চংলকউ ফম্মো লাউ।

মখোইন পীব লীফক অহু থারে। মেরীন খোইদান য়েংলব তুংদ হায়রকই।

— ওজাগী য়ুমদি য়াম্ন লুন শেমশ্রে।

— অওইব্রনে ?

— অশেংবনে ওজা।

— ফরে অদো ফম্মুদন কৈদৌরবগে।

মেরী মমাম্নবী অহুদ হৌহুন ফম্মীম্নরে ঐন থাব লিফক অহুদ। ঐন মখা তান হংখি।

— মহাক্কি কনানো ?

— ঐগী ইমাম্নবীনি ওজা।

— মিংদি করি কৌব ?

— ইলিস কৌই ।

— য়াম নুংঙাইরে ইলিস মতুংদদি খংনরবনিন তিন্নব তারেদো।
মমান্নবীদুস্তু ইকাইরপ, হয়াওরপ তৌন খুম্মী।

— ওজা !

— নখোই অনিন ঐগী য়ুমসিদ লাকপবু করিগীনো করি হায়-
নিংবগে হায়য়ো।

— ওজাগী য়ুম অনৌব য়েংব লাকপনিদ ওজা।

মখোই অনিমক মান্নব পাউখুম পী। অসুম্ন ৱারি শানদুনে
মখোয়নিন মমায় মখ ওন্ন ফক্তুদ অদুগ ঐন অরাং ওন্দুন ৱাগী
কাংথক্তুদ খোঙ য়াম্মুদুন ফম্মি। মেরীন হংলকই

— ওজাগীদি করি এঙ্গাং চাবিব্রা ?

— ইয়োনব চায়।

— অদুদি ওজা হাওরম্মোইবো !

মেরীগী মমান্নবী ইলিসন হায়রকই।

— করিগী হাওতনি য়াম্ন হাওই; ঐখোইগী লমদদি মসি চাব
ফংনপোৎ নত্তে।

— ওজাখোইগী ইমফান্দবু করিগী ফংদনি, ইমফান্দি ফংদব পোৎ
লৈতে হায়ন।

মেরীন ইমক্কালগী ৱা পল্লকপদ ইলিসন অমুক ফেনজিল্লকই।

— ইমফান্দি য়াম্ন নুংঙাইব মফমনি ওজা, অদু ওজান করিগুম্ব
ইমফান্দ চৎপিব মতমদ মেরী ঐখোই অনিবুসু অমুক্ত পুবীয়ু।

— শোইদন পুবীগনি। অদুগ সিনেমাসু য়েংহনগনি।

ঐগী ৱাহৈসিংসি তাবদ মেরীন হৱাওন নোংশিল্লকই।

— অওইব্রা ওক্সা পুবীগদ্রা ! ঐখোইদি থাজদেবো ।

— কৱিগী পুদদগে শোইদন পুবীগনি হায়রিবসিনি।

ঐন পুবীগনি হায়রবদ মখোই অনিস্থ হৱাওজরে। অস্থম্ন ঙৈহাক ৱারি শানরব তুংদ মেরী ইলিস অনিস্থ চংলগে হায়ত্তুন চৎখ্রে। ইথম্নত ঙাইহৌরব তানগাদ মুমিদাং অত্তুদগী হৌন ঐহাক নৌহৌনন মেরীগীদমক খনব হৌরকই।

মহাক্কী চম্নবী মাইথোং, লৌনম য়াওদন চংখোল্লবী শক্তম; ঐহাক্কী ৱাডাং খুদিংদ খোইদাজবী মতা; মিৎমাং অসিদ চংখোম্ন উত্তুস্ত লৈরে মহাক্কী নিংথীজন, শুক্ষ্মৎন, হায়ফম খঙদন মহাও অমদি অর্থ চেন্ন নোকপী মীনোক অত্তুত। অসি গুস্ব শুক্ষ্মৎয়াইগী ৱাখল অসিগ ইৱোইনন অমুক খল্লকখি চিঙ্গাক্কী মরম—। খল্লু খল্লুরগ হেন্ন হেন্ন হংগোইরকখি। হঙ্গোইব, তুক্কচন্নন মরম ওইত্তুন চাব-থকপ য়ারক্তব কয়া অসিন হকচাং অসি শোকজিল্লক্লবোই নিংঙি, অমুকস্থ মসিন লায়না ওইত্তুন তোক্লগদ্র হায়ন মুংশা থীরক্তবস্থ নত্তে। মরক অসিদ অমুকস্থ নিংশিংলকই "অহিং খুদিং ঐহাক্ল হেক হনজিল্ল-ক্লিব্রফাওব ফুঙ্গাদ ফমত্তুন ঐন হল্লকপ ঙাইরম্বী ইন্না।"

মুমিৎ কয়ানিম্নুক হৌখ্রে। য়েন-ওক, শা-শন ময়ামগী মথি মম্লুং নমথীরব মনম; চারিব চাকচা-য়ুথক তুক্কচনিংঙাই হঙ্গোই-নিংঙাই মক্ত ওইরে। মেরীগী মপা খুল্লাকপ য়ামন শিংব মীতানি ঐহাক অসি য়াম্ন হঙ্গোইগনব, তুক্কচগম্ব মীতানি হায়বসি খঙন য়াম্ন চেকশিন্ন, নিংথীন হোৎনবী অত্তুবু মত্তু পুম্নমক ঐন কা হেন্ন হঙ্গোইগনব ওইবন মত্তু পুম্নমক্ল কোকপ ঙমদ্রে। নোংম্নোংমগী

কংশিল্লক্তুন হকচাং অসি ফন শাথীন শোকচিল্লে। চাদব ভ্রুক্ত ওইরম্লবস্তু খরমফরমগনি, হঙ্গোইবসিন অমুক্ক হেন্ন হকচাং অসি শোকহল্লে। ব্লাখল অস্মিস্তু অস্তুকী মতীক শোন্থহল্লে মতুদি ঐন পামজরিব, থাজজরিব ধর্ম্ম অসিগী মায়োক্ত ঙম্নমক ওইররে। নরক্কী মফমগুম ঐহাক মিকুপ অমফাওব খোয়দাহন্দ্রে, খরদং পুক্লিং লৈতাব্রিব হায়ববু মেরীন ইনাকসিদ মোমোন নোক্ল থেমজিল্লবী শক্লোন অতুগ ইরোই-নরিবৈ নত্তন। অওইবমক ইনখৎলকপ মতমগী শাবী শানৌ ওইবশিংগী পুন্সিবু ঙক্তনিংঙাই করি লৈবগে। মেরী ঐগী ইনাক্ত তোয়ন লাকই, ঐহাকস্তু মহাক্ লাক্লগ পুক্লিং অসি খরমখোইদাজবগুম তৌই।

নোংমগী অহিংনি। অহিং অতু ঐ চিনজাককী মরমদ মওল-মওল খন্দুন তুম্ব যারমদে, চাব-থকপন ময়াশিল্লক্তব্রদ খন্দবস্তু ঙম্লক্তে। চাদবগীনে, ব্লাখন্নে ফন থেঙলব ফাওব তুম্ব য়াদন মায় অসি অরাং অমুক ওন, মথা অমুক ওন থরো-থরো ওন্দুন লৈরে। মমৈথংদ ঐহাক খনফম খঙদ্রতুন হয়েং নোং হেক ঙানবগ য়ুমদ হেক্ত চেনথসির খল্লি। অতুবু ব্লান ফংলব থবক অসি থাদোক্লগ কদাইদগী করম্ন হিংব! মসিম অমুক মাঙহনগ্রবদি ঐগী তুংগী পুন্সিদ করি ওইরক্কনি, ওইজব পুম্ব মাঙব তাব্লব! মথং মথং খল্লুরব তুংদ ঐস্তু নীপানি মীস্তু লৈনদব নত্তে, মসিদগী হেন্ন ব্লাব কয়া খাঙনবিবনি। অস্তুম্ন মমৈথংদ থম্মোই অসি ফাথরতুন অহিং মমৈ ওইরক্লবদ তুমথনব শেম শারম্মী। নিদ্রা ইমান মচাগী অরাবসি কনবীরগ খল্লমালে মতম্বাক্ত পুখংপীতুন ঐবু নাউগুম্বীগ্রে।

তুমথবগ ঐহাক মঙ মঙলম্মী। মঙলান অম্বুন ঐবু নৌহৌন পরিক্ষা লৌরখি। মশম মনা ফারবী, মপুক্লিং মুংশিন মীপাইরবী মেমগী শকুম অম্বুন মাঙদ লেপ্তুন মুংশা থীন হায়রকখি—

— তামো ঐদি নংবু খক থাদোকপ ঙমলোই। করিগুম্ব নংন চীংদ ওশা ওইব চৎথ্রবদি চীংগী তাংখুল লৈশাবী অমকা মুংশিনম্বুন লৌনথ্রবদি—! অম্বুম্ন তৌরবদি ঐদি পুন্সি অসিম মাধবীগী মতৌগুম ব্রহ্মচারীনী ওইম্বুন— লেনজখিগনি। ঐবু থাজদব তৌবীগনু তামো। নত্তে তামো মৈতৈ মুপা চীংদ লৈখিব অয়াম্ব চীংগী মুপী মুংশিনৈ, লৌই— নংস্থ শোয়দন লৌরকনি।

— মেমা নং ঐবু খক থাজব্র? নত্তে অম্বুম্ন খক থাজদব তৌগনু ঐহাক চীংগী চমুরা অমত্তগ খক নক্করোই। ঐহাক য়াম্ন হঙ্গোইগনব মীনি হায়বসি নহাকস্থ খংলিব নত্রা! চীংদ তোংবী, শা চাবী, য়ু থকপী মুপীবু ঐন খক মনাক নক্করোই।

— তামো উরিন মনাক নকপ উপান্দ ঙাক য়েৎলি হায়বদো অচুম্বনি, থাপতোক্করগ ঐবু শোয়দন কাউবীখিগনি। ঐবু কাউথোক পীথ্রবদি শোয়দন চীংমী মুপী অমগ .... ... ... ।

মসি হায়রগ মেমা হিক্ক হিক্ক কপ্পুন লৈথ্রে, মহাক্কী মতৌ অম্বুদ খাঙমদ্রব থম্মোই অসিন থেম্মী; থরাই হকচাং অনিমক্কী থাজব মুংশিবগ লোইনন।

— নত্তে মেমা নত্তে, মম্বু খক ওইরোই— ঐ চীংমী মুপী অমত্তবু খক য়েংলোই।

— তামো!

মেমন ঐবু থাদোক্লিংদান কোনশিনখি। শঙংৌদন ঐ মঙ-ফাওনরে; মতমম্নদদি নোংসু ঙাল্লমলে। করিগী মঙনো করম্ব খুদমনো মেমন করি তৌরব মওল-মওল খল্লি। অমুকসু নিংশিং-লকই ঐন চংলমদাই মতমদ মহাক্ক য়ামন চংহ্নিংদন খামচবম্ব। নৌহৌনন নিংশিংলকই মা ঐগী হৌগ্রব পূন্সিদ লেনমিংথিব অরা মুংঙাই শক্লোন কয়া।

---

# (৪)

থিংঙমদ্রব মতমগী খোঙচৎন অস্তুম অস্তুম হৌ হুন ঐগী পুন্সিস্তু মুংহারদ থা কযা হৌজিনখ্রে। নোংম নোংম লেল্লকপগ লোইনন ঐগী লমচৎ, হৈনবী পুম্নমক অস্তুম অস্তুম হোংলকখি। হোংলকলে হায়বাস খঙন খঙন ঐহাক থিংব ঙম্নমদে পুন্সিগী গোং-লক্লিব ইনোংপু। পুম্নমকসিগী মথক্ত অমুকস্তু জাং খায়বগী রাংলব পনজাও অম লৈন-লৈন ঐগী থম্মোইদ থিংব ঙমদ্রব মুংশি ঈচেল অমন মেরীগী নাক তমশিনখি। মেরীগী মফমদস্তু ঐবু মুংশিবগী খুদম লৈতব নত্তে। তোৎন-তিম্নরকপ, লৈমিম্নরবপগী মথক্ত তোপ তোপ্প মরী অমন লোম্ন লোম্ন চেৎশিম্ন পুনশিল্লক্লি হায়বসি ঐ খঙিঙ। অহুম অহুম ওইনমক ঙসি ফাওবদি মা ঐগী মুংশি ঈচেন অরোনব ফোংদোক্লদ্রিব থম্মোই ঙাক্নীনি। ঐহাক্সু খল্লি, থম্মোইবুসু খামজিনব লাক্কে—অহুবু খামজিল্লুরগ হেম্ন মথৌনা লৈরকই। করি থোক্লগব মত্তুদি খঙব ঙমদ্রে।

অয়ুক অমদনি। নুমিৎ অদু ঐহাক য়াগৌ খর থেংদোকখ্রে ঐন হৌগৎলকপ মতমদদি'মী অযাম্ব মথৌ পায়নরমলে। অস্ম ঐন মিৎ উইক্কম উইক্কম গৌগৎলকপ মতমদ মেরীন এনামেলগী বালতিন অমদ ঈশিং পুত্থন চংলকই অদুগ হায়বকই।

— ওজাগী চিন তেংনব ঐন ইকুজরগ শোকপনে ওজান য়াগৌব থেঙ্গবদ্দ!

— নহাক ৱানব; ঐন তেক্ক চংলগ শোকপ যাবদ্ব!

মেরী মাইথোং অদু লাংশিনখ্রে অদুদগী মপুক্কিং নুংশিন মপা তারকই।

— ওজা ঐন শোকপ ঈশিংনি হঙ্গোইগনি খনবনি অদুদ ওজাবু নুংশিত্থন থেংগ্রবদ্দ শোকউবনি। ওজা ঐতন ওজাবু নুংশিবনে ওজা-নদি ঐবু খক নুংশিবীদে।

মেরী মপি ঈরা চেল্লকলে; ঐহাক শেংন হায়রবদ মেরীবুদি নুংশিদব নত্তে।

— মেরী অদুম্ম হাযগন্থু ঐহাক্কি নংবু চুম্নত ৱাগনি হায়বতনি। য়েংউ পাঙ্গল শোনবী নংন শোক্লগ অকনব ঐন করম্ম শীজিন্নগনি।

— ৱাবগীদি ৱাজসন্থু ওজা, ওজাগীদমক ৱাজববু। মাই তাবীরো শুক্মা ঈশিংখো/দস্থু ঈশিং য়াম্ন লৈবম্মরোই নৈস্থু নৈরম্লগনি চাক থোংনবদি ওজাগ ঐখোয় শোকপ চৎমিন্নসি ওজান শোকপদো হৈররোই।

ঐহাক ইকায়ব অমদি মেরীবু নুংশিবদগী হঙ্গোই হঙ্গোইন ঈশিং অদু লৌত্থন মাই তারে চিনমক্কি তেংদ্রে। অদুদগী ঐন বালতিন অদু পায়রে অদুগ মেরীন উতোং হাপ্প সম অদু য়াল্লহুন

ঈশিং শোকপ চৎমিন্নরে। মুংছারদ ঈশিংগী অরাবদি করি হায়গনি হায়নিংঙাই লৈতন রায়; রামন্দুন রায় হায়বসিদ অতাবশিংন থাজব রাৎকনি। অঙনব অয়ুক্ত শোকহৌব নত্তনদি খোংগী ঈশিং অহু অরূব ফংদে অহুগী মথক্ত মরাংসু কায়দে। অহুন উতোং অমদি বালত্তিন থাধহুন শোকপ য়াদ্রবনিন মেরী ঐখোই অনিসু তুম্বান খজিক খজিক কন্দুন তঙাই ফদ্রবনিন তপ্ন তপ্ন শোকপ লাক্লে। অসিগুম্ব ঈশিংগী খুদোংথীব অসিন ঐবু ইরুত্তদন চাব-থকপ হৈনহনখ্রে।

ঈশং শোকপ লো বত্তন মেবী ঐখোই অনিসু রারিশান শান য়ুনলোমদ কারাক্ল। মেবীন হায

ওন্সাদি ঐবু নুংশিবীদবন ঐন শোকপ ঈশিং ফাওব শিজিন্নব পামদে।

— মহু নত্তে মেরী ঐন তশেংন হাযরিবত'ন নংন নখোইগ্গী শীজিন্নব ঈশিং শোকপ ফাওবদ অত্তক রান গোল্লিব অহুদ করম্ন ঐ'ীসু অমুক শোক'নগনি।

মচাক্কী মফমদ পীরিব পাউখুম অসিমক্তি অশেংব পাউখম অত নত্তে। তশেংন হায়রবদি ঐগী থম্মোইন্নুংদ ফাওরিব হঙ্গোইব, তুরুচব অহুন মরম ওইবনি।

— ঐগী রাবগীদমক্তি করিসু খনবীগনু ওজা!

· — নত্তে, ঐন ওমদ্রব মতমদ অহুম মহাইগে ওল্লিব মখেদি ঈশিংখোংদ কুম্ব কাব অসি এক্সর্সাইজ ওইন অহুম শোক্কে। পাঙ্গল সুক ফরিববু নংবু করিগী অমুক রাহল্লুনি।

মহাক্কী মবুকস্থ ফাজিন্নব অহ্নগ খূদোংথীব অহুদগীস্থ নাম্থোক্লব ঐন মেরীবু থেমজিল্লে। মহাকস্থ মহুগী ব্লাফমহু থৈদোকখিহুন অনৌব লম অমদ হৌরক্লে।

— ওজা! ওজাখোইগী মীতৈলমদ ওজাগী ইমা ইপান মুপী ফজবী অম ওজাগ লুংহোবীথ্রবদি ঐখোইগীদ অমুক লাক্লরোইদ্রা ওজা?

— ঐদি সিদ স্থুম লৈরগদবনি অহুগ ঐগী মুপীদি ঐ ইশান থিজগনি।

— য়ুমদদি ওজাগী মুপী লৈহৌদবরা ওজা?

— কদাইদগী মুপী! ঐহাক্কি পাখংনি।

— ওইদব ব্লা ঙাংগনো ওজা মীতৈ মুপাদি ময়ুমদ মুপী লৈতে লৈতে হায়রগ হেক্ক লৈরম্মী হায়; ওজাস্থ শোইদন লৈরমগনি অহুননি য়ুমদ ঙেক ঙেক চংনিংঙি হায়বদো।

— মেরী নং ঐঙোন্দ অহুম থাজদন লৌগন্নু, ঐহাক্কি অচুম্ব অশেংবত ঙাওবনি। অহুগ মেরী ঐহাক্কি চীংমী মুপী শোইদন লৌগনি খল্লিবনি।

— অশেংবরা ওজা?

— অশেংবনি।

মেরী ব্লা মখা তারকখিদ্রে। অস্থুম্ন লাক্কুন য়ুম য়ৌরে। স্কূল চংপ নংনব চাক থোংলে, খুল্লাকপ মতম পুম্নমক্ক ঐগী নাক্ক অরাৎ অপা হংবীরৈ অহুগ স্কূলগী; খুলগী শেম শাগৎপকী মরম, করিগুম্বদ মেরীগী মরমদ ব্লারি শানৈ অফ-ফত্ত তানৈ। মহাক্ক ঐবু মচাদ-মচাদোন য়ামন লুন চান্ন তৌবী, মহাক্ক লুন-চান্ন তৌব অসিদ খুলগী মীশিংনস্থ ঐবু লুন কিন অহুম মরোইনবী! অমন

মতম পুন্নমক্ত মেরাবু ঐঙোন্দ শিন্নহন চিংনব অমত্ত লৈতনি থাদোকই। মেরী অসি মতম শাংন মচা পোক্লুদ্রব ভুংদ পোকপ, অহুগী মথক্ত মতোমতগ পোকপনি হায়ন মমা মপা অনিন য়াম্ন লুন তৌজে। অয়াম্ব মতমদ মেরীবু ঐগী নাক্ত লৈহন্নুন লাইরিক তাকপীহল্লি, মেরীসু অতৎপ লৈতন ঐগী কাদ চংলক্নু রাইরম তৈবীরে। করি করিগুম্ব মতমদসু ফাগি জুগাই তৌনহন হরাও তয়াম লেনমিন্নে। অওইবমক ঐগী অনৌব পূন্সিদ মুংঙাইজবগী ইনোৎ অম লাকপগুমখি।

অহানবদ হঙ্গোইরন্নবসু তিন্ন-তোৎনরকপ মতম কুইনা লৈমিন্ন-রকপদগী হঙ্গোইব, অকিব পুন্নমক অসুম অসুম কোক্লক্লে। অমরোমদ মেরীগী মপুং মরৈ তমখৎলক্লিব শক্তম অসিন ঐবু অমুক্ক হেন্ন মিতাহল্লে; করিগুম্ব মহাকসিবু ঐগী ওইজরবদিকো খল্লুবদ থম্মোইসি তনিক তনিক্লকই। করিগুম্ব নতমদসু চাংদম্নরুই মেমা অমদি মেরী অহুবু মেরীতন জয় তৌশিল্লকখি। মহাক্কী মপুং ফারব শক্তম তঙৌ তঙৌরবী কুহু, মপুম-মরৈ ফারবী শাবান থম্মোই অসিন হেন্ন হেন্ন মিতারকখি। চীংমীগী অকৌব ফিজেৎ, ফিজোলগী রাংমদ হেন্দোরক্লিব শুক্মৎয়াই পুরবী শাবান কয়া অসিন ইনখৎলকপগী চংখোম্বগী মথক্ত খৌরাং মিৎয়েংবু মতোয় মতোয়নন চিংশিনখি। খোইতক্ থৈরপ ভাংবী মহাক্কী রাঙাং কয়ান ঐবু মুংশি য়াই থাহুন মুল্লবগী মথক্ত মতোই মতোইনন ল্যাকশিল্লখি। অসুম্ন মতম অয়াম্বদ মেরীবু থম্মোইনুংদ চেৎন থমজবতন ঈথৌদাং ওইরক্লে।

মেরী চীংমী চম্নুরা ওইজরবসু মহাক্কী ফজবী শক্তম অহুদি পান্দম-

নিংঙাই লৈতে; তমগী মৈতৈ মুপীশিংগী মনুংদ মাগুম্বী মুপী ঐহাক অমুক্ উথিত্রিমালে থল্লি। ভৌন ঈ থাংলবী কুচুগী মুন শাংলবী শম্লাংন লৈতেং ওইরি। অমুক্ চংখোল্লবী অসিন ইমাংসিদ মিকুপ কাংদন মোমোন মীনোক্ তম্লরবসু মরাল লৈরব থম্মোই অসিতনদি কোংদোকচৱ, ওমজত্রি। অদুবু খাওম্লক্ ্ব থম্মোই অসিন মসিমদি চপ য়ুংন লেপলে থম্মোইগী য়ারা অসি মফোংদোল্লগে। মসিমক্তন মবম ওইত্তুন নিংশিংলক্ই মতম অমগী মেমগী ৱাহৈশিং "উরিন মনাক্ নক্প উপান্দ য়েংলি।" খন্থ-খন্থরুরগ অমুক্সু অকিব ফাওবক্ই মগাক্ চীংমী চম্বু; নাকল অমদ মৈতৈগী জাং খায়বগী চাউরব পল। অদুমকপু পনজাও অসি উন-উন, মাঙদ লৈন-লৈন মেরীগী মানজত্রবী নুংশি শক্লোন অত্তুন মোমোন নোক্তুন তত্তন মুংশি পাউদম্নি। অমবোমদ অমুক্সু য়ুমগী ইমা বাবা ঐহাক্তি মখোই অনিগী যামন থাজ্ব' ব মচানি, ঐগী পুন্সিগী খোঙহোৌদ ওইরক্প লমচং কয়া অত্তন মরম ওইত্তুন মখোইন ঐগী ওসি ওল্লক্লিব লমচং অসিবু থাজব ওমখিগদ্র।

মসিমক্ থোকপ্রগন মখোইগী পুন্সিন কমদৌব। অদু বৈ লৈ-কাইত্তুদ মচা মগু ৱারক্লবদ মাগী মতৌ তমজো হায়নরমব ঐহাক্ মত্থুগদ্র খোঙফম য়োৗপ্রবদ কনাগী থাজব! অফব মীওইন শীংথাবীত্তুন অহল্ লম্মন কয়ান ঐবু চানবীরমব পুন্নমক কদাইদ, ঐগী পামজব হিন্দু ধর্ম্ম কদোমদ—! অদুবু মীওইব খুদিংমক খোংফম হোংনখিদবদি নাত্তে, মীওইবদি লায়ব্রত্তুন জগৎসংসারবু শেম্বীরিব শ্রীকৃষ্ণ ফাওব শ্রীমতি রাধিকাগী প্রেম ী সাগরদ তাখিব মত্তমদ মমা য়শোদাগী য়াথং ইনখিদে, হায়নব অমসু লৈ কীটসু মমা মপান হায়ব ইল্লম্নবদি অফাওব

কবি ওইরম্নোই। অসুম্ন মতম অমদ ঐ অসি য়াম্ন থাজব য়াব মীশক অম ওইরবসু ঙসিদি অহোংব অম লাকলে ; অতুম ওইনমক ঐগী মপান থোংগী ফিভম য়েংলগদি হৌজিকসু হান্নগী ঐহাক অতুম্মক মওইরি। করিগুম্ব ঐগী উনসান কুপ্পব হকচাংগী তোংখুদিংদ চেল্লিব ঈগী ঈচেল মরক্ত নত্তব রাখলগী অহোংব ঈচেল অম ফাওরক্লে। মম্ভু পূম্নমক্কী মাইয়োক্ত ঐগী থম্মোইদ অকনব মৈরীগুম্ন চাক্লক্লি। মৈরী তাখি-দনব হোৎনবদ অরাব অম ওইরে অতুম ওইনমক অহোংব কয়া অসি ঐহাক খঙজরবসু অতোপ্প কনাগুম্বগী মফমদদি থোইদোক্ল অফোংব ওইদ্রি হায়ন খল্লি।

নাকল অমদ চিংনব, অপনব, সমাজগী পন কয়া লৈ হায়ব খঙন খঙন মেরীবু মুংশিবগী চাংদি মতোইনরক্লি—। থোইদোকপ হেন্ন নকশিন্ন শেংদোক্লদ্রবসু মেরী অমদি ঐহাক্কী মুংশি লিপুনন ফোংদোক্ল-দন হেন্ন হেন্ন চেৎশিল্লক্লি হায়বসিদি থম্মোই অসিন অতুমক থাজব ঙম্মি।

মেরীন ঐগী কাদ রাইরম তৈব, শিৎশেংব চংলকপ মতম, অমদি করিগুম্বদ ইবাম্নিগী খুদোংচাব তানজা ফংবদ ফাগি কয়ারক হায়নখি। অয়াম্ব মতমদ মেরীন অতোনবগী রাহৈতদ হায়রকখি।

— ওজা চীংমী মুপীদি ওম্হোক্ল তোল্লি। অতুগ ওজান ঐবু মুংশিবীর-বদি ইম্ফালদ অমুক্ত পুবীয়ু। ফজরব ইম্ফালগী মশক্তো অমুক্তং য়েংজনিংই।

চমন মুংশিরব মেরীগী রাহৈশিং অসি তাবদ থম্মোই অসিদ হেন্ন হেন্ন মুংশিব পোক্লকই। অমুকসু খল্লি নোংমত্ত নত্তন মহাক্কী তুংগী পূন্সি অপুম্ব ইম্ফালদ লেলহনগনি। লোয়নন মথা অমুকসু খম্বরকই

নোংমত্তংদি হান্ন অমুক্তং পুনিংই অহুবু করন্ন ইম্ফালদ পুব; ইম্ফাল য়োরগ তন্ন অমুক হল্লকপ য়াবদি লৈতবনিন মহাকপু কদাইদ থম্ব, য়ুমদ করন্ন পুশিনব, অহল-লম্মন লৈকাইগী মীনোক - কয়া অসি খল্লুবদ অমুকস্তু অকিব ফাওরকই। অস্তুম-অস্তুম খন্থক্করগ মেরীবু পুন্সিগী ওইন থম্মগে খল্লম্বহু নোংমত্তং পুহুন চৎপফাওব কিশিল্লক্লে, পাঙ্গল অহুগী ন্নাংমদ লৈখ্রে। অমরোমদ করিগুম্ব ঐন য়ুমদ চৎপ তাৱবদি মেরীবু পুদন করমন চৎকনি। মহাক্লদি ইচম চন্ন মথম্মোই শেংন, মুংশিন ইম্ফালদ পুবীয়ু হায়জবনি মহু ফাওবদ ঐন পুবীব ঙমদব তারব! খল্লু-খল্লুরগ ইতোমত থম্মোয় অসি ওমচাক্লরকই, অমুকস্তু নিংঙম্নক্কে অহুগ অমুকস্তু ইশাবু অমদি জাং বিজাং খায়বগী লমচং, চৎনবী কয়া অসিবু নিন্দা তৌরকই। অসিগুম্ব অথিংব কয়া অসি লৈরমদ্রবদি ঐস্তু ইচিং তন্ন, ইমাং থান মেরীবু পুহুন ইম্ফালদ চৎলমগনি। লোয়নন মহাক্ল ঙসি মাগী য়ুমদ হোৎনরিবসিগুম ঐনস্তু ঐগী য়ুমদ মহাকপু থন্নমগনি।

পুন্নমক অসি খল্লবদ ঐহাক নুঙ অনিগী মরক্ত হা হায়বহু ওইরে। মতম অয়াম্বদ মেরীন ঐঙোন্দ হায়জব মহাক্কী চন্নব ন্নাহে-শিং অহুন ঐবু অমুকস্তু ইচং থৌহল্লি। মতৌ অস্তুম্ন লেল্লকপ পুন্সিগী মনুংদ মেরী ঐখোই অনি নোংম নোংমগী অনৌ অনৌব ইনোং কন্নাগ লোয়নন খোংথাংশিল্লক্লি। তং-তাব মুংশি ন্নাফোং কয়ান মা ঐগী মুংশি শক্তমবু মশক লেপত্রবস্তু করিগুম্ব ন্নান্নি অমদ মা ঐ তত্তন ঙাংন শানরিব অসি অতাব মীওই কয়ানদি শোয়দন খঙথিগনি মা ঐগী অরোনবদ লৈরিব মরী অসি।

অমরোমদ খুল অসিদ মেরীবু পামজব, মহাক্কবু নীংজহুন

কোয়জব পিটর কৌব পাখং অম লৈরম্মী। মহাক্লদি ঐবু চিংনবগী খুদম কয়া উৎলি অত্থুগ মরক মরক্ত ঐগী কাদ চংলক্তুন ৱারি কয়া শাব হৌরৈ, মেরীগী মরমদস্থু ৱাফম কয়ামরুম হৌদোক্তুন ৱারি শাননব হোৎনৈ অত্থুবু ঐন চেকশিনন অমদি মাবু চিংনবদ্ধু খংন ৱারি শানবনি অত্থুন অশেংব খুংম কয়া ফংব ঙমখিদে। অস্থুমন ঙসি ফাওব কুপ্তুন মা ঐগী ৱারি কয়া অস্থুম্মক লৈরি। অত্থুবু তুংগী ঐগী পূন্সিদদি ঈশ্বরন করি তম্মমগনি মথদি খঙব ঙমদ্রে।

---

## (৫)

উখ্রুলগী চংনবী অসি অঙকপনি। খুলগী মী খুদিংমক খৃষ্টান ধর্ম্ম ঙাক্ত চংলি। তৌইগুম্বস্নুং মখোইগী ধর্ম্ম অসি অনি থোক্ল খায়দোকই মতুদি অমন রোমান কেথোলিক অতুগ অমন ব্যাপতিস। ব্যাপতিস কাংবু অসি প্রোটেস্টেন্টসশিংগী মরক্ত অমনি। চীংমীশিংন মখোইগী ধর্ম্মগী মৎ মতুং ইন্ন খরন য়ু থকই হায়বদি রোমান কেথোলিকী কাংবুন য়ু থকই অতুগ ব্যাপতিসশিংদি থক্তে, অতুবু করিগুম্ব ধর্ম্মগী ওইব নুমিৎ লাকপদদি মখোইস্নু খর খর থকই হায়। অস্নুম্ন চীংমী খুদিংমক মখোই মখোইগী ধর্ম্মবু ঙাক্ল চৎপ ঙম্মী অমরোমদ ঐখোই মৈতৈতন ইশাগী ধর্ম্মবু কয়া থৌশাদবনি।

চীংদ ওজ্ঞা ওইবসি য়ামন নুংঙাই হায়ন মী অয়াম্বন হায়নৈ—খুলগী মী অয়াম্বন ওজাবু য়াম্ন ইকাই খুমনৈ মতুমক অচুম্বনি। ঐহাকপুস্নু ঐগী ছাত্রশিং, খুলগী খুনজাশিং কয়া অসিন ইকাই খুম্নবী। পুম্নমকসি ওইতুনস্নু ঐগী ইফমদদি য়ামন

হৈনদব কয়া লৈ, মরুওইন চাব থকপগী মরম অসিনি। মী অয়াম্বন লংফৈ চংপগী মুংঙাইব খরস্থতমক তমনে অদুগ অৱাব খুদোংথীব থেংনরকপ কয়া অদুবুদি তম্বদ য়াওনদে। অওইবমক মীওইব খুদিংমক মৱাব ময়াম অদুবু মুংঙাইব ৱারি মতেক অমত্তংন কাউনহুন লেম্হোকপ ঙম্মী। অদুমকপু ঐগী হন্দক্কী খোংচৎ অসিদি অৱাবতন অয়াম্বনি, চাক ঈশিংগী মতম ওম্হোক্ল ৱানিংঙাইহিনি। মতম অমদদি ইঙ্খাং অসি নিংতম্ন চাব ফংলম্মী, কবিগুম্ব মতমদ চানিংঙাই লৈতহুন চিংথাও মপাল, তোক্লিংকোক মরা থোংহন, ইবোন্দুন চারগ লেনব য়াওই। মুংঙাইব অদুক্কী মতিক অৱাবসু অদুম মবোইনৈ। তমদ শীংগী মরমদ অৱাব ওই অদুবু চীংদদি ঈশিংগীদমক ৱায। যুমদ নোংমত্ত ইরুজদন চাক চারনদে অদুবু ঙসিদি ঈশিং ফংদবন মরম ওইদুন নোংম নোংমগী ইকুজদব হৈনরকপদগী ঙসিদি ইরুজদব অসিনচুম হৈনবী অম ওইরে। অসুম্ন ঐগী লমচৎ অসি মমাংগৈদগী ফন নিংথীন হোংলক্লে। ফন য়াম্ন হঙ্গোইরমব ঐনি অদুবু ফন নিংথীজন শাফরক্লে তঙাই ফদবন কনবদগী।

নোংমদি ঐহাক হকচাং মুংঙাইতব অমদি ৱাখল খরসু কা চেন্ন খল্লুবদগী য়ামন থেঙন তুমথখিহুন নোং ঙানব ফন থেঙলব ফাওব মীকপ থোক্লে। ঐন হৌগৎলকপ মতমদদি ফন নিংথীন থেঙলমলে ঈশিং লৈরমদব তারে খন্দুন হাথু-হাথু ঈশিংখোং তম্ন চংথরে। অৱাবনি ঈশিং অদু শাথিন নৈরমলে। অসুম্ন ঈশিং অসি মরক মরক্ত শা শন্ন কুহ্বদগী নত্রগ অঙাংশিংন কুমহুন শান্নবদগী ঈশিং অসি শথিন নৈব য়াওই। চাক থোংনবগী ঈশিং ফংহৌফ্রবদ উপাহ লৈত্রহুন হল্ল ক্ল।

উপাই লৈত্রে মেরীন শোকপ ঈশিংন চাক থোংব তারব্রা। ঐহাক মসিদংদি ঙাক্ক চংখিগে খল্লি।

ঙসিদি ঐহাক চরা হেল্লগে হায়ন চপয়ুংন লেপলে, নোংমহু চরা হেল্লে। চাক চাদন স্কুল চৎলে, চরা হেনব অমদি চীংঙ্গ্বীদ লমশাং অম চংপগ ঐহাক ফন নিংথীন চোকথরে। স্কুলদ 'তৌফম থোকপ পুন্নমক লোইরব তুংদ অমুক্ক লমশাং অহুদ হনগনি খনবদ থোইদোক্ক অরাব অম ওইরে, হকচাং অসিস্থু শাথীন চোকথরে য়ুমদ হনবফাওব ঙমগনি হায়ব থাজ্জদ্রে। অহুবু হন্দব য়াদবনিন য়াম্ন রান উচিন নাচিন্ন লাক্কুন য়ুম য়োৌরক্লে। মুমিদাং অহুস্থু ঈশিং ফংদ-বদগী ঐহাক অমুক্ক হুম্ন চরা হেনব তারম্মী। চাক লাম্বন খাঙব ঙমদবদগী আলু খর লৌরগ চারে, ঙসিদি ঐহাক থবক তৌনিঙাই লৈতবগ হকচাং অসিনস্থু খর রাবগ ফমুংদ চংহুন অহুমক হিপথরে। ঙৈহাক রাখল খন্দুন লৈরিঙৈদ মেরী চংলকই অহুদগী ঐগী খুয়া ফমুং নাকচিদ ফম্নগ হংলকই।

— ওজা হকচাং ঙমদ্রবর ঙম্ন তুম্নবদি ?

— হোই হকচাং কয়া মুংঙাইতে।

— চাক্কি থোংলব্রা ওজা ?

— ঐহাক ঙসিদি করিমত্ত চানিং থক্লিংদ্রে।

— চাক খর চাদ্রবদি ফত্তেন ওজা !

— করিস্থু তৌরোইদ।

— ঐন থোংবস্থু ওজাদি হংগোইগনিদো।

— মহুগী নত্তে মেরী চানিংদহুন তৌবনি, নহাকন থোংববু করিগী

চানিংদনি হয়েং ঐন হায়ব মতমদ নংন থোংউ হায়ব য়ারোইদবতনি।

অসুম্ন ভৈহাক ৱারি শামিন্নরম্লগ মেরী চৎখ্রে ইতোমত লৈহৌরে। ঐহাক চাক লাম্বন তুম্ব য়াদে, পুক অসি কুঃ কুঃ থোং- বমখৈ মখা অমুক ওন, অৱাং অমুক ওন, অমুক চেপ-অমুক লোং অহিং অহু ফন শাংন লেনশিল্লক্লে। নোংঙাল্লমদাইদ খঙহৌদন ঐহাক তুম্নিংলকখি। নোংঙাল্লমদাইদ তুমথখিবগ, চাদব থক্কবগী অৱাবগ ঙসিন হেন্ন য়াহৌ থেংদোকখ্রে। ঙসিসু ঐহাক ঈশিং ফংনবগী উপাই লৈত্রে। মেরীন শোক্লকপ ঈশিংন চিনদংদি তেংলে অহুবু চাক থোং- নবগী ঈশিংদি উপাই লৈত্রে। মেরীনসু ঐন অমুক্কসু লৌ হায়ব য়াদবহুদ ঙসিদি চাক থোংনব ঈশিংদি পীরমত্রে। ঐহাক মেরীদ হায়জব নত্তন ঈশিংগী উপাই লৈত্রে। মেরীবু কৌরহুন হায়।

— নংবু ঙসি ঈশিং শোকহৌব্রা ?

— শোকহোরে ওজা করি তৌরে ?

— নংন ঈশিং শোকহৌরবদি ঐগী চাক থোংনব ঈশিং খরদং লৌব য়াগদ্রা ?

— ওজান তুক্কচবগী ৱাতনি ঈশিংগীদি করিগী য়াদনি। অহুদ ঐন শোকপ ঈশিংন চাক থোংবদি ওজা হঙ্গোইগনিদ।

— করিগী হঙ্গোইগনি মেরী নহানমখৈদি ঐন শোকপ ফংঙিদন অহুন তৌবনি।,

অসুম্ন ঐগী ইকাইবহু লাকশিনব লাক্লরে। মেরীন পীহুন চাক থোংনবগী ঈশিং ফংলে, ঐহাক চাক থোংগৎলে। ঐহাক্কী থম্মোইদ হঙ্গোইব পুন্নমক মাঙখিব নত্তে— অহুবু চরা অনি চারক্কবগী

চক্কম য়াওদবগ ঈরোয়নন অরাম্ব অহু খাওমদন হঙ্গোইব, তুক্কচব পুন্নমক থাঙ্গোক্তুনা মুনবোই মুন্দবোই থাংথরে, এঙ্গাংন চিংথ্রাও মপাল ইরোল্লি অহুদ তোক্লিংকোক মরা খরস্তু থাকচিল্লে। চাক অহু কোখোক্তুনা ঐহাক চাক চাব হৌরে, ইরোনব অহু তোক্তুনা চখোম মরি মঙা চাব ফাওবদি হঙ্গোইব ফাওরম্মদে। চরা অনি চারক্কবগী ত রাম্বনে মিৎ-না অমত্তু চৌইদন প্রপা-প্রপ চারম্মী। অহুদগী খঙগৌদন থুক লাউব অম ফাওরকখি। মথং মথং মওল মওল খনব হৌরকই, ঐহাক চাক চাব লেপলে পুক অসি থুক-থুক লাউন স্কুগংলকলে, তিন্নন খোবোম থম্ম থম্ম ফাওরকলে। খঙহৌদন চাকলুক মযাদ হন্দোকলে, ঐহাক হেন্ন হেন্ন মমথীব, তুক্কচব, হঙ্গোইব ফাওরক্লে। চাব য়াদ্রদুনা অহুম তোকলে অহুগ চঙুম অহু অহুম খোম্মজিল্লে। মবক অসিদ মেরী ঐগী নাক্ত চংলকই। অহুগ হংলকই।

— ওজা করি তৌরে চাক মযাম চখাইবিবসিদি ?

ঐহাক ইকায়বদগী মেরীগী রাহং অহুগী পাউখুম পীব ঙমদ্রে। ঐন খুমদ্রবদ মেরীন অমুক্ক মখা তারকই।

— হকচাং ঙমদে হায়বহুদ তৌরব্রা ওজা ?

— নত্তে ঐগী খুত্তগী ঈশিং থক্কে তৌবদ নাম্বুংন ত খিবনি। মহুদ চাকস্তু কৈস্তু ইচাই চাইথ্রে।

— ইসঃ ওজাদি পুক থলহৌবম্মরোই।

— থল্লবনি মেরী পুক্কীদি। অহু ঙসিদি নখোইগী ইপাদ ঐহাক স্কুল চৎলরোই হায়ন থর হায়য়ু।

— য়াম্ম ঙমদ্রবরা ওজা ?

— অং ঙসিদি হকচাং অসি খর ঙমদ্রে।

— হোয় ঙমদ্রবদি পোত্থাবন ফৈদ, ঐস্থ ঙসিদি স্কুল কাররোই।

— নংন করি তৌরব?

— করিস্থ তৌদে ওজা। ঙসিদি ইমাস্থ পামদ চৎকনি হায়, অহুন য়ুমগী থবক খর লৈরে ইমানস্থ চৎলহু হায়রবনি।

রারি শান শান ঐস্থ চগুম শেংব লোইরে, খুৎ-শা হাঁমদোকলে। মেরীস্থ মপান কৌহুন থোকখ্রে। কোল্লিক ময়াম অহু লোইশিনব হেক লোইবগ হকচাং অসি খিরুম খিরুম তৌরক্নু ফমুংদ অহুম চংলে।

স্কুল কানব মতম লোইশিনখ্রে। ময়াম্বক স্কুল চৎনখ্রে ঐদি ঙসি স্কুল কাদ্রে, ফমুংদ অহুম হিপ্পদগী ঙৈহাক উরো-রোন তৌরুর-মালে ইলিসন চংলক্নু কৌরকপ অহুত্দ মিকপ থোরকই!

— ওজা স্কুল চত্রবদি হকচাং ঙমদ্রবরা?

— হোয় ইলিস ঙসিদি ঐহাক হকচাং নুংঙাইতহুন চত্রবনি। নংদি কৈদৌরে, সিদন করিগী লাকপনো?

— মেরী স্কুল কারোই হায় ঐস্থ কাদ্রে অহুদ মাগ উনগে লাকপনি।

— করিগীনো নখোয় অনি উনগদৌরিবদি?

— ফৌ শুমিল্লসি হায়বগীনিদ।

— য়াম ফরে নখোই অনিন ফৌ শুবদ ঐগীস্থ খর য়াওবীয়ু ঙসিদি।

রা ঙাংন ঙাংন ঐ ফমুংদগী কুমথরে; অহুগ মোরা অম পীহুন ইলিসপু ফমহল্লে। ইলিসন ঐঙোন্দ হায়রকই।

— ওজা ঐখোইগী চীংদ লৈবসি য়ামন নুংঙাইতবনি, ওজাদি য়ামন হৈনরম্মরোই।

— ঐহাক্তীদি মসিন হেন্না নুংঙাইরিবনি। অদুগ ইলিস, ঐন লৈবসিদ মেরী নখোয় অনিদ য়াম্ন য়েৎলে; নখোয় অনিন ঐগীদমক হোৎনবী-বসিগী লমন করম্ব মতমদ শিংগনি। অশেংনমক ইলিস ঐহাক নখোয় অনিগী লমন য়ামন তোল্লবনি।

— নত্তেদ ওজা মবুঙ্নবু মচনগী লমন তোল্লি হায়ব্রা ওজাগী লমন্দুম ঐখোইন তোল্লবনি।

— য়েংঙু, মতম অয়াম্বদ ঐগী ফো চেং শুব, মহুগী মমনস্থ লৌ হায়ব য়াদব অদুগ ঐগী ফিরোল খুদিং মতম পুন্নমক্ত নখোইনদ শুবী-তুন লাকই। অশেংবনি ইলিস নখোইগী তৌবীমল খুদিং ঐহাক মতম পুন্নমক্ত থক কাওরোই।

— ওজা অদুন্ন থক হায়গন্নুদ, হয়েংমখৈ ঐদি ওজাগী নাক্ত লাকপদ য়ামন ইকায়রগনি।

— করিগী ইকায়রুনি হায়বগে।

অস্তুন্ন মতম ঙৈহাক ঐপোই অনি রারি শানরবগী তুংদ ইলিস চৎলগে হাইতুন থোকখ্রে; ঐস্থ ইতোমত অমুক হিপথরে। মেরী অমদি ইলিস অনিন ঐগীদমক্ত তেংবাংবীব, অদুগ অয়াম্ব মতমদ ঐ অমদি মখোইনিগী কোইনদ্রব রাঙাং, চন্নব রাহৈ রাতা মথং মথং নিংশিংলকই। অদুদগী থন্ন-থন্ন তুমথখ্রমালে!

---

( ৬ )

নুংশিবগী চৈথেংন হন্ন-হন্ন থেংলরবদ ঐন মেরীবু নুংশিবগী চৈফু অসি তুমীন ফুমদুন থমব ঙম্লক্তে। নহাওইবগী যৌবনগী রাখন অদুন নন্দ্বংলক্তুন মেরীবু ঐগী লোইনবী ওইন তশেং-তশেংন থম্ব পাম্লক্লে। অহানবদ মশাকপু য়াম্ন তুক্কচন খল্লম্লবসু হৌ-জিক্তি ফন নিংথীজন ফরক্লে, ঐহাক মমাংঙৈগী লমচত্তগী তশেং তশেংনমক তোপ তোপ্লক্লে। মতম অমদ মখোইন শোকপ ঈশিংন মাইমিং তাব ফাওব হঙ্গোইরম্মী; অদুবু হৌজিক্তি মদুত নত্তন থকপ চাব পুম্নমক করিমত্ত তুক্কচব লৈরক্তে। অয়াম্ব মতমদ ঈশিংখোংদ ঈশিং শোকপ কুমদ্রে। মেরীন শোকপ ঈশিংন মাইমিং তারে। মগাক মমা মপা অনিগী অমত্ত পোকপী অয়ুক্কী নুমিৎ ওই, নুমিদাংগী থাজগুম লুন চাম্ন থমজরিবীনি; অদুগ মেরীগী মমা মপা অনিন ঐবুসু ওন্থোক্ন য়াম্ন লুন তৌই, তৌইগুম্বসুং মেরীনসু মহলশিং খঙন খঙন ঐগী সেবা থুদিং তৌবী।

ঈশিংগী খল্লিডৈদ নহালমথৈ তুমফম খঙলমদবনি, অদুবু গৌজিক্তি মেরীন ঈশিংগী দাই পুন্সিবাকী [illegible] তমদ [illegible] য়ারে। চিংগী চৎনবীদি নোংম নোংমগী অদুমক ফজব হেনগৎলকই, অদুগ ঐগীদি নোংম নোংমগী চৎনবী হোংলকই। কয়াদ খেন্নথ্রবনো, খল্লুবদ নিংঙল্লক্তে। মৈতৈ হায়বসি লম চথোকথ্রগ মশা মশাগী ধর্ম ঙাক্ল চৎপ ঙমদে হায়বদু ঐঙোন্দ চপচান থোক্লরে।

মেরীগী মমা মপান ঐবু কয়াদ লুন তৌব, অদুগ য়ুমদগীসু ঐগী মগৈশাগী লমচৎ অদুবু থাজদুনা ইমা বাবা অনিন ঐবু অসুক মতম শাংন চীংদ লৈবসিদ চিংনব লৈখিদবনি— অদুগ ঙসি ঐন চীংলৈবাক অসিদ চৎলিব লীচৎ অসিন করি! তশেংনমক ঐগী ৱাখল পুন্নমক পুমঙন ঙনখ্রে।

"কৈ মচা চাউনব যোক্লগ মপু চায়, হুইনাওমচা লুন তৌরগ লৈতোল লেকই।" মৈতৈ পাউরো অসিন ঐঙোন্দ কয়াম চুন্ন থোক্ল-গদৌরিব। পুন্নমকসি খঙন খঙন লম্বী অদুবুদি খক থাদোকপ ঙমদ্রে। মেরী অসি পুন্সিগী লোইনবী ওইরগে হায়বসি ঐ চপচান লেপলে, অদুগ চীংলৈবাক অসিদ অনৌব ধর্ম্ম অম পুথোক্লব হোৎনগে হায়নসু খল্লি। মেরীবু মৈতৈনুপী অমগী চপ চাব ধর্ম্ম অদু শিনরগ হিন্দু ধর্ম্মবু মখোয়গী মরক্ত শন্দোক্লমগে হাইন থম্মোইদ অনৌব ৱাখল অম ফাওরকই। মৈতৈ মচা কয়ান ঙসি ফাওবদ জাৎ খায়বগী পল অদু লান্ন চৎথ্রবসু, মদুন মৈতৈগী ধর্ম্মদ অকায়ব কয়া পীরবসু ঙসিদ ঐন মেরীবু মৈতৈ নুপী অমগুম মহাক্কী লমচৎ শাজৎ পুন্নমক তোংহল্লবদি মদুন সমাজসিদ থোইদোক্ল শাথিব অমাংবদি ওইররোই।

রাখল অসিদগী মেরীবু মৈতৈ মুপীগুম শেম্লগে হায়বসি ঐগী হোংদ্রব রাখলনি। অস্নুম মেরীগী মফমদ থম্মোয়গী আশা পুন্নমক ফোংদোকপগ লোয়ননা ঙসিদগী হৌন মহাক্কী মফমদ মেতেগা চৎনবী পুম্ব নিংথীন তম্বীরগে হায়বসি চপযুংন লেপলে। অসিগুম্ব পূক্লিংগী অনিংব অসিবু ফোংদোক্কন ফুমহুন থম্ব তারবদি মহুন চাউরবলমন অম ঐন ল'শিল্লে হায়বসি খল্লকলে। অস্নুম্ন খল্লিঙৈ তাঁল্লক্ত পিটর চংলকই। মহাক হেক চংলকপদ ঐগী রাখল পুন্নমক খঙহৌদন স্বাই মাঙখিরম্মী। পিটর ঐবু থোইন থওইদবগুম হায়রকই।

— ওজা খর নুংঙাইরিব্রা?

— হোয় নুংঙাইরি হায়ব তাই। করি থবক্কীনো ঐগীদ লাকপবো পিটর সাহেব?

মোরা অম থাহুন ফমহল্লি। মহাক্ক ফমথরব তুংদ।

— ঙসিদি ওজাদ করিগুম্ব রারি খর হংনিংবনি।

— করিনো হায়য়ু কৈদৌবগে।

— ওজা! মীতৈ মচা অয়াম্বন চীংদ লৈরগ চীংমী মুপী হেক হেক লৌহুন নখোয়গী ধর্ম্মবু মাঙহল্লি। মসিবু অফব্রনে ওজা?

পিটরগী রাহং অসি মরো লৈ হায়ব ঐ খঙডি। ঙৈহাক খল্লব তুংদ খুম্মী।

— অওইবমক পিটর সাহেবকিসি য়াম্ন চুম্লব, ফজরব রাহংনি। অহুবু পিটর সাহেব মতম অমদ য়ামন শাথীন লৌনরম্লবস্থ হৌজিক্তি চাউখৎপ জ্ঞানগী মঙাল কয়া লাক্করবনিন চীং-তমগী মরীস্থ হান্নদগী হেন্ন হেন্ন নকসিন্নরক্লি।

— মীতৈ মচাসি মরৌ য়াম্ন চাওই হায়বসি চুম্মীদ ওজা; চীংগী মুপী কয়াবু লৌবিরগ মখোয়ন লোম্ন লোম্ন হুন্দোক্লমহুন হেক্ত মচেনখি। মসিমস্থ নখোয় মীতৈগী চৎনবী অমানদ।

পিটরন হায়রিবসি অচুম্ব কয়া য়াওরি; অসুম্ন চীংমীশিংগী মফমদ বিশ্বাসঘাট তৌব কয়াস্থ যাওদব নত্তে।

— মহু চৎনবীমক্তি নত্তেদ পিটর; হোয খরমখৈদি তৌরমগনি, অদুবু মহু মতম মতমগী মী মীগী মখা পোম্বনি, মীতৈ পুন্নমক মহুম্ন তৌবদি নত্তে।

— অয়াম্ব তৌইদ ওজা!

— হোয় মীওইব ডাক্লিন মীওইবগী থিংডমদ্রব কামগী ঈচেনবু থিংব ডমদবদগী হেনজিনব রাথোক কয়া থোক্লম্ব য়াই; অদুবু মসিদি মীওইব ঐখোয়দি লায়রহুন জগৎপু শেম্বীব শ্রীকৃষ্ণ ফাওব মাগী কামগী ঈচেল থিংব ডমদহুন খুদোংথীব থৌদোক কয়া থোকখ্রিবনি।

— অদুদি ওজাস্থ নখোইগী কৃষ্ণগুম্ন ঐখোইগীসিদ ওজাগী রাধা থম্লোইদ্রা?

খ্বাইদগী লুন তকশিল্লক্লিব মহাক্কী রাহং কয়া অসিদ ঐহাক অমুকস্থ পিটরবু শাওনিংলকই, অমুকস্থ মহাক্কী মমাংদ চিংনব কয়া পোল্লকই। অদুবু পুন্নমক লোত্তুন খুম্মী।

— ঐদি কৃষ্ণস্থ নত্তে, অদুগ মহুম্নস্থ খক খন্দে। ঐগীদি নখোইগী খুল অসিদ ছাত্র-ছাত্রী খরবু লাইরিক তম্বীহুন চাউখৎপগী থাক্ত খরদং পুখৎপ ডম্নব হোৎনব অসিতন ইথৌনি।

পিটরন নোক্লহুন হায়রকই।

— ওল্লা ইলিস, মেরী, পামলিকপী ইনাক খুনেব ইমুংদ পোকপ মশক ফজবী মুপী ঙাক্তি: মখোইগী মবক্তগী ওজাগীস্ রাধা অমদি থমসিদন।

— নত্তেদ পিটর, নংন রাখল লাম্ল পুখ্রে। মখোই খুদিংমক ঐগী ছাত্রী ঙাক্তনি, ইচনগুম্ব মক্তনি।

— ওজা নখোয়গী তমদস্থু ওজান ছাত্রী য়াম্ল লৌনৈ মত্থুগীদি করিস্থু কায়দেদ।

ঐহাক পিটরগী মরৌ লৈব ; অত্থুগ যাম্ল চুম্ল ঙাংথোরকপ রাঙাং, হংলকপ রাহং কয়া অত্থুগী পাউথুম মতীক চান অমত্ত পীবঙমখিদ্রে। অত্থুগীস্থু মথক্ত মহাক্কী রাহং খুদিংন ঐবু চিংনব, অকিবগী চৈক্লু অমন তত্তন য়ৈরবগুম তৌথি। অতৈ মথং মথং ঊৈহাক শানরব মতুংদ পিটরন অমুক হায়রকই।

— ওজা! ঙসিদি ওজাগ রারি শানবসি য়াম্ল নুংঙাইরে, ঐবু শাউগন্নুকো ওজা!

— এঃ করিগী শাউরুগদগে পিটর সাহেব, ঐস্থু অস্থুম্ল রারি শানবসি য়াম্ল নুংঙাইজরিবনি।

— ঐগী লুহোংগদবস্থু কুইদ্রে ওজাস্থু ঐগী লুহোংব য়াওবীগদবনিকো।

— শোয়দন য়াওগনি পিটর সাহেব। অত্থুবু নুপীবু কদাইদগীনো, কনানো?

— ঐখোইগী খুনদগীনি. ঐগী ইপাগ মাগী ইপাগ পীনবনি মশক্তি ওজা ; লুহোংব নুমিত্ত খঙঙসিদ।

অস্তুম্ন হায়রম্লগ মহাক চংলগে হায়দুন চংখ্রে ; ঐহাক চিংনবদি ফাওই, অদুবু মখা তানদি করিস্থ হংলুদ্রে। মহাক্ন মৈতৈগী ধর্ম্মবু য়াম্ন হন্থব মিংয়েংন যেংদুন ঙাংলম্ব ৱাঙাং কয়া অদু নিংশিংলুবগ থৱাইসি য়াম্ন নুংঙাইবক্তে। অদুবু ঐগী থম্মোইনুংদ ফুমদুন থম্লিবী মেরীগী আশা অদুবুদি খক লাপথোকহনব ঙমখিদে। অস্তুম্ন খন্ন খন্ন লৈরিডৈদ মেরী চংলক্কুন চিঠি অম পীবৈ। ঐহাক চিঠি অদু লৌদুন য়েংলে অদুদগী ফাক্তোক্কুন পারে ঐখোয়গী বাবান থারকপনি। মরোনদি—

ইপাগী ইবুংঙো নহাক চিঠি অসিন হেক ফংবগ য়ুমদ হল্লক্কব য়াদে ; হৌজিক নমা অসি যাম্ন কন্ন লাইকন্নদুন লৈরে ঙসি হয়েং তম্ব ঙমদে। নমান নহাকপুদ শোন্দুন লৈরে, করিগুম্ব খুদোং চাখিদব তারবদি হয়েং তুংফাওব য়াম্ন নিংঙমহৌদব তারে; অদুন নহাক অরৈব শেল ওম পুগন যাম্ন থুন য়ুমদ লাক্কব য়দে।

ইম্ফাল নহাক্কী বাবা

তাং ৩। ১০। ৬৭ ইং শ্রীকুমারজিৎ।

চিঠি পাব লোইরে। শাংলব স্বর অম হোন্দোকই। ঐগী মতৌ অদুদ মেরী নুংশা থীন করিগী চিঠিনো হায়ন হংঙি! ঐন অশেংবদু অদুম হায়—

— মেরী ঐ হয়েংমক ইম্ফালদ চৎপ তারে।

— করিগীনো ওজা ?

— ঐখোইগী ইমাদু য়াম্ন কন্ন নারে লাক্কব য়াদে হায়রে।

— ওজা হকচাংদি অনাবনি করম চৎকনি !

— হকচাং ঙমদ্রবস্থ চত্তব য়াদে, ঐহাক উদবদ ইমা অদো অমুক হেৎ শোম্বরম্মগনি।

ওজান নাব ফরগ ঐস্থ ইস্থালদ চৎকনি থম্বনি।

— হোই চুম্মী মেরী; অদুবু হুজিক অনাবগী চৎলবনিন হয়েং ঐন অমুক হল্লক্লগ চৎপদ শোয়দন পুবীরগে। ইমা নাব হেক ফবগ ঐহাক শোয়দন থুনমক হল্লকনি।

ওঝাগী ইমাদি ঐগীস্থ ইমানি যীশুন থোঝাবীগুন ইমাগী অনাব শোয়দন ফব ওইসমু।

— মচুম ওইসমু। ফরে নহাক ম্নারবস্থ ম্নান ঐগী ঈশিং থজিরুদি শোকপীয়ু মেরী।

— ওজাগী ঈশিংদি ঐন ঙসাইন শোক্তুন য়াম্ন থম্নবনি।

য়াম্ন মুংঙাইরে। নহাক্কী তৌবিমল অসি ঐ থক কাউরোই মেরী।

— ওজা হয়েং চৎলনিকো— অদুকো ... ... ... ... !

ম্না মথা তাখিদ্রে; হায়নিংব ম্নাফম অমদি পন্দুন ইকায় মুংশি য়াম্নন লেপ্তুন লৈথোকখ্রে।

— মেরী করিনো হায়য়ু।

— মেরীবু কাউবিগনুকো ওজা!

— মেরী ঐ নংবু থক কাউরোই। অদু হায়য়ু নহাক্তি ঐবু কাউগদ্রা?

তানজা অসিদ থুল্লাকপ ঐগী কাদ চংলকই, মেরী অনৌব থর অম হোনখি, ঐহাকম্ননি। থুল্লাকপন।

— ওজা হকচাং ঙমদে হায়বদি থর ফরব্রা?

— হোই ইপা, খরদি ফরে।

মতাং অদুদ মেরীন ঐ হয়েং ইস্ফাল চংলগনি ঙসি চিঠি লাকলে হায়ন তস্মি ; মহু তাগা খুল্লাকপন ঐঙোন্দ হংঙি—

— অশোৎবরা ওঙ্গা ?

— হোয় অচুম্বনি ইপা ; ঐগী ইমাহু য়ুমদ য়াম্ন কম্ন নারে হায়, অদুন ঐ হয়েংমক ইস্ফালদ চংসিরা হায়ন খল্লিবনি।

— হকচাং ঙমদবহৌদি ইস্ফালদ কুম্ব ঙমগদ্রা ?

— হকচাংদি খর নুংঙাইরে অদুন হয়েংদি চৎপ ঙমগদ্রা হায়ন খল্লিবনি ইপা।

— ফরে ফরে ওগাগী ইশান ফরবদি।

অদুদগী মচানুপী মেরীদ ঐগী চৎননর হয়েংগী পোৎ চৈ খর লোইশিনখীয়ু হায়দুন শিন্নরম্নগ চংখোক্লুখিগে হায়ন খুল্লাকপ অমুক চংখ্রে। খুল্লাকপ চৎখ্রবদ মেরীন হংলকই।

— ওজা হয়েং করি করি পুগনি ঐহাক লোইশিনগে ?

— মেরী ঐহাক করিহু পুরোই, য়াম্ন খুনমক খুদোংথীব লৈরম্ন-দ্রবদি হল্লকব হোৎনগনি। অদুগ ঐন হয়েং ইস্ফালদগী হল্লকপদ নহাক্ত ইতেং কয়া পাংবীখিবগীদমক খুদোনপোৎ কয়া শোইদন লৈরক্কনি। হায়্য়ু নহাক করি পাম্মী, করি লৈরকউগে ?

— ওজা ঐগীদি অতৈ লৈবীগনো থাউ মনম মুংশিব অমগ পাউদর অমগ লৈবীরকও।

— হোয়নে হোয়নে শোয়দন লৈবীরক্কনি।

অদুম্ন ঐখোই অনি রারী শান্নরিঙৈদ খুল্লাকপ তনন্ন অমুক

হল্লকই। অতুগ হায়রে—

— ওঙ্গা নংগী ইম্ফাল কুম্বগী য়াম্ন খুদোংচাগদব অম লৈরে।

— করিনো ইপা ?

ঐস্নু থম্মোইদ সুংঙাইব অম ফাওন খুল্লাকপদ হংঙি। মহাক্ন মখা তারকই।

— হয়েং জেমসকী জীব গারিদো ইম্ফাল কুমগনি হয়রে; মতুদ ওঙ্গাস্নু য়াওননব ঐন হায়নবীবম্লবনে।

— য়াম্ন সুংঙাইজবে ইপা।

অস্নুম্ন চৎননবগী শেম শ'ত্তন, রারি-রাতাই কয়স্নু শানবত্তন সুমিং অতুম হৌখ্রে। সুমিদাংদ মেরী অমদি মমা অনিন ঐবু য়াম্ন জুন লম্বী চৎপগী খুদোং থীব থোক্কনব, অমদি ঐন নাকুবগী হকচাং শোনব অসিদ নিংথীন চৎননব, অতুগ অম্মক কুইথদন মখোইগী মনাক্ত হল্লক্লব ত্তত্তন পাউমেল্লি। মেরীন ফিবোল খরদং পুনব হোৎবতু লোইশিনবদ মতেং পাঙি। অস্নুমন অহিং অঙ্গুম মফম খঙদন হৌখ্রে।

য়ুমদ চৎকদব সুমিংনি। নোং হেক ঙানবগ মিৎ মাই তাথোক্লে, চিন য়া শেংদোক্লে; চাক চাব নংলরোই হায়তুন মেরীন চা লোন্দুন মতাংচান চা মক অমা পুরক্তুন পীররে। ঙসিদি মেরী মথৎমক্ন লোনব চা অসি ওন্থোক্ন থোইথুম্ন হাউখ্রে। চীংগী অয়াম্ব চা থকপ মতমদ চিনি য়াওদন পুমচম চম্ব চা ওইন থকনৈ। অতুবু মেরীখোইগী ইমুংগী চাদি মতু নত্তে তমগী চাগ অমত্তনি।

লাংলিঙৈসিদ চৎনবগী মতম য়োৗরকলে। খুল্লাকপ অমদি

মেরী অনিমক ঐবু থিন্দোরকই, পোৎ চৈ পুন্নমক পায়বীরম্বুন। অম্বুদগী চীংখা অমদ গারি ঙাইরসি হায়ম্বুন কুমথরকলে। লম্বী তারক্লবদ ঙৈহাক ঙাইনরগ ইকুই কুইদন জেমসকী জীব অম্বু থো- দোরক্লে। ঐহাক খুল্লাকপ অমদি মেরীদগী বিদাই লৌরে। মখোইন ঐগী পোৎ পুন্নমক গারিদ হাপকৎপীরে। খুল্লাকপন জীবতা তোং- লকলিব খুনজাশিং অসিদ ঐবু নারিবনি হায়ম্বুন হন্ন হন্ন শিন্নৈ। মেরীনসু মপি ঈন্না চেনবমখৈ ঈক ঈক লাউন "ওজা ইমা অনাব ফরবদি ইস্পালদ কুইন লৈরক্কমুকো" হায়ন তত্তন পাউমেল্লি। অয়োনব তানজা য়েংম্বুন মেরী ঐখোই অনিগী মীতানক্লব মিৎয়েংন থম্মোই শেগাক কায়ন হকথেংনরুদব নত্তে। অসুম্ন ঐসু গারিদ কাখৎলে। জীব অম্বুন পুম্বুন ইস্পালগাদমক যাত্রা তৌরক্লে। ফন শাংন থৌরক্লব ফাওব খুল্লাকপ মেরী ঐবু য়েংম্বুন লেপহৌরি। ঐসু খুৎ হাইরে; অম্ববু থম্মোইগী লুন চান্ন থমজরব পোৎশক অমদি ইন্নাৎ ন্নাৎন অম্বম মরৈহৌরে।

---

## (৭)

ইমাগী ৱাখল তৌরুবদ শাংলব উখ্রুলগী লমশাং অসি লাকপদ জীব মথক্ত তোংলি হায়ব ফাওব কাউরুই। করিগুম্ব ইমান লৈখিদব তারবদি হেক খল্লুবদ লরাই লুতোন শাংলি। ঐ ৱা মচেৎ অমত্ত ঙাংদে, ফন শাংন চংশিল্লক্লবগী থুংদ জেমসন ঐঙোন্দ হায়রকই।

—ইমা কন্ন নারে হায়বসিদি চিঠি কৈদৌঙৈ ফংব ?

ঐহাক জেমসকী খোনজেল তাবদ ইথং খংন " ওরাংনি " হায়ন খুমদোকখি। অত্তুদগী ঐখোই অনি ৱারি শামিন্নত্নন লাক্লে। ঐন হংঙি।

— মিস্টর জেমস ইম্ফালদ নুমিৎ কয়ানি লৈবীগনি ?

— নুমিৎ মঙা তরুরিদি লৈগে খল্লি ওজা।

— মফমদি কদাইদ লৈবীব তাবগে ?

— ডুহলালেন্দ থুংগনি ঐখোইগী মী য়াম্ন লৈ মত্থদ।

অসুম্ন ঐখোই অনি রাবি শান-শান লাকপন য়াইঙংপোকপী য়ৌশিল্লক্লে। মফম অতুদ ঈশিং রাংলে হায়তুন জীব অহু ঈশিং হাপলে, ফম্ব রানরক্লব ঐখোইসু ঙহাক্তং বুমথনহুন মপাল ইপাল থোক্লরে। অত্তুদগী অমুক পন্থব তৌদন ইম্ফাল তমশিল্লক্লে। অসুম লাকপদ লমবীদ অশিব পোৎলোইব থেংনৈ; মতু হেক উরুবদ ঐহাক রাখল মণ্ডল-মণ্ডল খল্লি, জ্ঞান মাঙলকই। খল্লু-খল্লু রগ ংব ফুনগৎলকই, মিত্তগী পি থিংব ঙম্লমদে। ঐগী ইমাহুবু করম চৌ-রমগব অসুম্ন অরোইব য়াহিপ্ত য়াতারম্নগদ্রা। অতুবু জেমসকী অমদি তোংমিন্নরিবশিংতুগী মমাংদ ইকাইরতুন ফন য়ামন পি তৈথোত্তুন তোৎনৈ। অসুম্ন লাকপন খ্বাইরম্বন্দ বাজার য়ৌরক্লে, জেমসন য়ুম তান্ন থিনগে হায় অতুবু ঐন য়াদহুন গান্ধি এভেনিযুদ কুমহৌরে। ভাবা পীব-দসু লৌ হাযব যাদ্রে। অত্তুদগী ঐগাক ঔতো রিক্সো অম তোংহুন য়ুমলোমদ লাকলে। মুমিদাংরাইমক্তদ যুম য়ৌবক্লে। থোংগাল হেক চংবদ বামন অমন চাইশেল অম পাযহুন পুখ্রিদ ঈশিং শোকপ থোরকই; ঐ কোকচাউবী কায, মিত্তগী পি খাম্ব ঙমগৌদে, পন্থব তৌদন প্রপ প্রপ চংশিল্লি। শুমাং মতোন্দ অহল লমন পবেং শান ফম্নম্বী - খাঙম্লক্তন মিত্তগী পি শিন্থবক্লে ইমা সংসাব থাদোকথ্রে হাযন চপ যুংন লেপলে। খাম্ব ঙমদন ইমা ইমা হাযন খোনজেল থোক্ল কপথোকথ্রে। শুমাং ময়ায় য়ৌশিল্লকপদ মীযাম মরক্তগী হৌগৎ-লক্তুন ইমান "ইমাগী ইবুংঙো ইমা সিদ লৈনে" হাযন কপ্লহুন থোরকই! মতম অহুতদ ঐ জ্ঞান তারকথি "ঐগী ইমা হিংলি।" ঐ ইতোমত খল্লরগ ইকাইজরকই বুমহু ইমা হিংলি হায়বসি

খল্লুবদদি থোইদোক্ল পেনজরে। মীয়াম অত্তুন ঐবু উরগ হরাওবগ লোয়নন "ফরে ফরে নহাক লাকপ, নমান নংবু্ত শোন্দুন লৈরবনি নং লাক্লবদি নমাস্থু ফরনি" অহল খরন অমুক "ফব ওইরসনু" অস্মু হরাও হরাও তৌবীরে; ইমা বাবাস্থু হরাওজরে ঐস্থু মুংঙাইব পোকচৈ।

মুমিৎ তাশিনখ্রে। ইনেস্থু লাক্লুন লৈরম্মী, মুমিদাং অত্তু চখোক্লে ইনেনে ইমা বাবানে ঐখোই মরি পুন্ন ব্বারি শাত্তুন লৈরে। য়াওরকপ পৈশাসিং অত্তু বাবাদ পীরে। অস্মু ইমা নাবগী, ঐন উখ্রুলদ লৈবগী ব্বারি কয়া শানত্তুন অপিং অত্তুম লেনখ্রে। নোংঙান্নবগ নাক্লব গৌগৎলকপগী চানিংব চাননব হায়ত্তুন ঐন বাজারদ চত্তুন ঙা, অনৌ অপেন কয়া ইমাগীদমক লৈকরে। ইনেন নিংথীন থোং থাক্লুন চামিন্নরে। ঙসিদি ইমাস্থু খোযদান চা-থকচরে। চাক চরিত্তৈদ ইনেন হংঙি।

— ইবুংঙো নহাক্কী ছুটিন মুমিৎ কয়ানি নিরকই।

— থা মখায় অমগী ছুটি লৌরকই ইনে।

— নংগী চীং লৈবাক অত্তুদনে নত্তব লমচৎক খক চংপ যাব নত্তে, অত্তু গুম্ব ব্বাখল খক খল্লোইদবনি, নহাক্তি ঐখোই পুন্নমক্কী আশা থাম্লিবনি।

তানজা অসিদ বাবাস্থু চংলক্লুন চাক চাররে। য়ামন হরাও-বগ লোয়নন ঐগী থাগী তলব হাপকৎপগী মরমদ হংঙি।

— নহাক্কী তলব খর হাপকনি হায়বত্তদি করম তৌরে?

— হোয় খর হাপলে, তৌজিক থাদ লুপা চামরি য়াঙ্খে মঙারোম ফংলগনি।

অসুম ইম্বুং মনংগী বাবি কযাগ লোইননা চাক চাব তোক্লরে। মখোইন ঐবু হকচাং ঙম্লক্কে হায়বত্থদ চখোক্লু্রমু পোত্থারো হায়থুন ঐহাক মুংথিল অত্থ পোত্থাত্থুন লৈরে। ঐন হকচাং ঙম্লক্কে হায়বত্থদ নশা যাম্ন শোক্লে হাযত্থুন ইমাগ ইনেগদি য়ামন মুংশা থিরে।

মুমিদাং রাইরম অত্থ ঐগী মরুপ ইবোয়াইমা লাকই। অত্থদগী বাক্সাববোমদ অসুম চখোকউসি হাযত্থুন ঐখোই অনি থোকমিন্নরক্লে। লাক্ল লাক্ল মরুপন হায়রকই।

— নগাক্তি উথ্রুল চংখিবদগী ঐখোইগসি লোইন কাউথোকপ্র-মালে, চিঠিকাসি অমত্ত ইরকখিদ্রেনে।

— খুদোং চাদবগী রানি, কাওথোকপগী রা নত্তে; নহাক অসিম!

— নত্তে নংগীসিবু উথ্রুলদ তাংখুল লৈশাবীগী আশাদ লুপখিত্থুন ঐখোই মযাম লৈহৌরি হায়বসি অমত্ত নিংশিংখিদ্রব জাংলা হায়ব?

— ঐনবু অত্থুম্ন তৌবমগনি থাজবরনে।

— কনান খঙনি হৌদোং তুমিন লৈবন চফু ঙস্মি হায়ব রাসু লৈদন হা!

— মত্থ লাহরি যাম্ন লুব রাফম অম লৈরে।

— ঐসু নঙোন্দ যাম্ন লুব রাফম অম হায়গে খল্লিবনি।

— ফবে নহাক্কীত্থ হাম্ন হায়রো!

— চুম্মী নংগী অরুবসি তাদ্রিঙৈদ হায়হৌবন ফব তাই।

— হোয়নে হোয়নে হায়রোনে!

— ইমাগ বাবাগন কুমসিদি নহাক্কী লুহোংদব য়াদে হায়থুন মুপী ফাওব রা লোইনরবনি।

ঐহাক ঋাই [illegible], [illegible] [illegible]।

— মুপীবু কনানো?

— মশক্তি ফজ্জহে মেমদৈকা য়াম হেনবজাৎনি।

— অহুবু কদাইদগীনো কনানো হায়বা ?

— হুইদ্রোম লৈকাইদগী, মমিংগসু ফজ্জখ্রবজাৎনি “ সোরো ” !

— নং মতৌসি ফজ্জরমদৌদি মাল্লি, অহুবু চহীসিমক্তদ ঐহাক য়ুম পানবদি পামদে।

— অহল অনিগীসু খর খনব কৈদ।

— হোয় মখোইগীদমক খল্লুরবদি চুশ্মী। অহুবু শেল থুমগী ফিভম— যেংউ নহাক্ক হেন্ন খওলিবত্নি।

অহুবু মখোই অনিগীদি নতোমতনি, নংন মহু য়াদ্রবদি অহল অনিদি কয়াদ মুংঙাইরোইদৌরিবনো, খন্দুন য়েংড়ু।

— মহু ীদি ঐসু খল্লবনি।

— ফরে নহাক্কীসি মেমগী রাদ য়াদ্রিবরা? ঐ রাফম অসি মঙোন্দদি করিমত্ত হায়দবনি, মহাক্কদি নংগী মরমদ হংহুনত লৈরিবজাৎনি।

— ঐখোই ইমা বাবাখোইনদি মেমগী রাসি খক হংদ্রা?

— করিগী হংদনি মেমবুদি ইমাখোইনসু পাম্মী; অহুদ মখোইগী অহল লমনগ মহৌশা তৌনখিব ঈরাং অহুদ শাওনবগী রাতনি।

— মসি ঐসু হায়ফম খওদ্রে।

— নংবু মেমগ উনদ্রিবরাও?

— উনদ্রি; ঐ লাক্লে হায়বদি মহাক খওঙে, অয়ুক্ত মখোইগী

অঙাং মমন হুরেন অমুক্ত উন্নসি হায়ত্থন চিঠি পীবকই।

— ওঃ ওঃ পাউদি যৌনবম্মেদন ফৈ ফৈ। অত্থবু নহাক ইমা বাবাগী রাগিস্থ খবদি খল্লু।

— খল্লবনি। অত্থবু ঐ হায়ফম খঙদে।

— খঙদে নহাক অঙাং নত্রে, মখোইবু চোপহনবস্থ ফত্তে।

অমুন্ন বাঙ্গাব যৌকবে হুমিং তাশিনখিত্থন ফন থেংজিনখ্রে ইবাম্লিস্থ হন্নরকলে। ঐ গাক যুমদ লৈহৌরে। ইবোয়াইমন চংলম দাইদ ফাগি তৌবগী "পুখ্রি মপানগী কবোকলৈ মখোং য়ৌদৌ-রিনিনে।"

চাক ঈশিং তোন্দুন তুমথনবব তানজা অত্থদ ঐহাকস্থ মেমবু উননবগীদমক মপান থোবক্লে। মথং মথং লাক্কুন মহৌশা ঐখোই অনিগী উনফম পুখ্রি মপানগী কবোক্লে মখোং অত্থ তম্ন চংশিল্লি। ঐন চখিবদ মেমাদি হাওফি নতেক অম ইন্দুন মমাই মখা ওনন ফম্মগ ঐবু ঙাইরম্মী। তরানি পানব মেরাগী থাবলগ মায়োক্কন চাংদম্নবিবী তডৌ তডৌরবী মেমগী মাইথোংবু উরুবমক্তদ থম্মোই অসিদ খাঙমদ্রব ঈরৌ অমন ফুং ফুং কারকখি। মতম কুইন কায়-নরুবগী উনিংব, অত্থগী মথক্ত অমুক চংখোম্ন ঐবু ঙাইরম্বী; থম্মোই অসি খাম্ব ঙম্লক্কে। অওইবমক কনাগী থম্মোইন শুন্দ্ধংলোইদগে অসিগুম্ব শক্তমবু উম্বদ। ঐবু হেক উবমক্তদ ওইন চাওবী মতৌ ওই অত্থবু হৌগত্তুন ঐবু ওক্তবদি নত্তে।

— অমুক থেঙন লাক্লিবসিবু করিগীনো; ঐদি ঙাইবদ কয়া রারে।

— তৌভিকপু কয়াম থেঙলবগেনে !

— শঙদে নহানরাইস্থ অস্থম হেক্ত তৌই ; নোংমতস্থ ঐবু ঙাইবিরম্ব য়াঙদে।

— ফরেনে, মন্থ তোক্লসি হৌজিক ঐ লাকলে নংন হায়নিংব হায়বো ।

- তামো ' নহাক ঐবুদি তশেংন ন্থংশিবিরিকো ?

— নহাক্কী রাহং অসিবু করিনো, নংবু ন্থংশিবগীদমক ননাক তম্ন লাক্লিব অসিনি ।

— ফরে অন্তদি ঐবু কয়াম কুইন য়ুম অসিদ থম্বীখিগনি ?

চহী অ-নিদি লৈখিব তাই, নহাক্ক খঙলিবন্থনি ঐগী য়ুমগী ফিভম যত্রি।

— চহী অমনি !

— অং।

— তামো নংসি উথ্রুলদ লৈখিবদগী করিনো অম তৌগ্রে। ... ... কনাগুম্বী চাংমী-লৈশাবী ... ... ... !

— মেমা ! নং মংম্ন ঐঙোন্দ খক হায়গন্থ। সে ঐন করি হায়রগ নং থাজগ'ন ?

মেমবু ন্থংশিন হকথেংনন চিংশিল্লে ; অন্থদগী ... ... ... মহাক ইকাই ইকাই খাঙলি। অমুকস্থ হায়রকই।

— সে ! সে ! থাদোকও হায়ব নংসিম ঙাওশিন্নগ্রে ; সে ! সেমি ! ফি তাগ্রে সেঃ বা !

— তাখিসন্থ কৈদৌই হায়বগে, নং ঐতনি কনাস্থ উরোই।

— হাইমা তামোসি জাং অমনিনে সে ! সে ! ঐ ঙম্মোই সেক !

— ঐহাকসে নহাক্কী নবুংঙোনি নংন ঐবু থাজদবদো থাজ-হল্লগদবনি ।

মেমগী হকচাং কল্লাং পুন্নমক ঐগী ওইরে অহুগ ঐগীস্নু । অহুগী তুংদ মেমন কপ্প কপ্প হায়রকই ।

— তামো নংন অস্নুন্ন তৌবীরগ হয়েং করিগুম্বদ মীমাংদদি চোপ-হনবীগন্নুকো ।

— নং ঐবু থক মুংশিজ্রা মেমা ?

— মুংশিবগীদমক্তনি ঙন্নমক নঙোন্দ কখোক্লিবসি তামো ।

— অহুগ করিগী ? নহাক্কী নতৌ অসি দ, নহাক্তুম থাজরক্লে ।

— অসি য়োরফাওবদ থাজদ্রিব ! ফৈ— !

হিক হিক কপথোকখ্রে, মাগী মতৌহুদ হেন্ন মুংশিব অম পোক্লহুন "থাজদেয়ে" হায়হুন মেমবু অমুক হন্ন চেৎন কেৎনশিল্লে অহুগ ... ... ... । মীকুপ থর তুমিন্ন লৈনক্লরে, মেমা ঐঙোন্দ য়েংব ঙমদন তুমিস লুকনহুন লৈ ! ঙৈহাক লৈরগ অমুক হায়রক্ট

— তামো নং ঐবু থাজদব তৌগন্নু । করিগুম্ব থাজবীদ্রবদি ঐদি হেক্ত শিগদৌবনি ।

— মৎম্ন হায়হৈদে মেমা ।

— থর লৈরম্লগ নহাক্তি চীংদ অমুক চৎপ্রগনি, মীন হাইনৈ তাংখুল লৈশাবীদি মৈতৈ মুপা য়ামন পামগল্লি হায়ন, অহুগ মশক মতৌস্নু য়াম্ন ফজৈ হায় । অহুগ তামো নংন করিগুম্ব তাংখুল মুপী অম লৌহুন চীংদ অহুম লৈথিব থোক্লবদি—

— নংবু ঐন মহুম্ন তৌগনি হায়বসি থাজব্রনে?

— মৈতৈ মুপাশিংদি চীংদ ওজা ওইব চৎলগ চীংমী মুপী য়াম্ন লৌনৈ হায়।

— মেমা! নং ঐবু থক থাজদব তৌগদ্রু; ঐ হৌজিক ফাওব নহাক্তগী নত্তন কনাগীসু ওইদ্রি। নং ঐ পিশক পিক্লিৱৈদগী হৌন লোয়নরকপনি, নংগী পুম্নমক ঐগীনি অদুগ ঐগী পুম্নমক নহাক্কী ওইরকপনি। অদুগ নহাক্কী লমন পুম্নমকসু ঐ কাউদে।

— তামো উখ্রুলদদি কৈদৌউৈ চৎকনি?

— ইমাসু অনাব ফরম্লে, অদুন ঐ য়াম্ন খুন চৎকে হায়ন খল্লি।

— লাপ্নরবসু তামো ঐবুদি কাউবীগনুকো।

— করিগী কাউগদৌরিব, নহাকপুদ নিংশিংদুন লৈরিবনি।

— অদুগ উখ্রুলগী লম্বী অদু ঐঙোন্দসু তাকপিরম্মু।

— করিগীনো?

— করিগুম্ব য়ুমদ খুদোংথীবগী ফিভম লাক্লবদি ঐহাক তামোগী নাক্ত শোয়দন লাক্কনি।

— য়ুমদদি করিগী খুদোংথীগদৌরিবা?

— ঐখোইগী ইমাখোই বাজিখোইন ঐবু অতোপ্প নিপা অমদ থাজনিংবগী ৱাঙাং তৌই।

— মদুসু ফৈ কৈদৌবগে।

— মদুবু অফব। তামো ঐদি মদু শুকঙম ঙম্মোই অদুন তামোগী লৈফম অদু য়ৌব লম্বীদু তাকপিরমদব য়াদে।

মহাক্ক ময়াদ্রবদ ঐহাক মুংহার য়ৌবফাওবগী লম্বী অদু ইম্ফালদগী

হৌহ্নন নিংথীন মেপ অম য়েক্লগ পীরগে হায়ন থৈমজিন্নী। মতৌ অসুম্ন ঐখোগ অনি মতম শাংন কায়নরুরবগী তুংদ, অহ্নগী মথক্ক অনৌব মুংশিবগী চেৎলব লিপুন অমগসু হেন্ন চেৎন পুনশিন্নহ্নন থম্মোইগী অপেনব, ওইনব রাহে কন্না ফোংদোক্লরব তুংদ, পাম্মু পাম্মু মতমন থেংজিল্লকপন মা ঐসু কায়নরক্লে।

মীওইবগী পুন্সি অওকপনি। নক্লন লৈমিন্নরিঙৈ মুংশিবগী চাং রাংলশ্মী, অহ্নদগী লাপথোক্লরক্লগ অমুক কা হেন্ন মুংশি মৈচাক ফাওরকই; অহ্নবু মতমন মতোইনন শাংন উনরক্লব অমদি কায়-নরক্লবদি অমুকসু নোংম-নোংমগী অসুম অসুম হুন্থরকপগুমমি। চীংদ লৈরিঙৈ মেরীগী নিংথিজবী শক্লোন্ন মেমবু থরমথৈ কাউথোক্লুন খাঙব ঙম্মই, অহ্নবু ঙসিদি থিংলুরব ঈচেন্ন হেন্ন শাফু কন্ন চেন্থরক-পগুম মেমগী মুংশিব মতোই মতোইনরক্লে। অহ্নম ওইনমক ঐগী দমক রাজহৌরবী মেরী, ইলিস তত্তন নিংশিংলক্লে; ঐগী মাংদ লেপ্লুন শক্তমশিং অহ্নন থুল্লাম তোয়ন কৌরক্লে। নহা ওইবগী থিংব ঙমদ্রব রাখল ঈচেলগ ইরোয়নন মহ্নমক্ল লংলা লংজিন ওইহ্নন রারি কয়া শামিন্নথি মেরীগ লোয়নন। ঙসিদি নৌহৌ নৌহৌনন অমুকসু মুংশিরক্লে। অমরোমদ চীংমীগ মৈতৈগ লৌনব য়াদে হায়-বসিমক্লন ঐন মেরীবু হেন্ন হেন্ন মুংশিনব, অমদি পামনবগী মচাক্ল ওইরক্লে।

ছুটিসু লৌরক্লবদি হায়হ্নন ইমা বাবা অমদি ইনেন য়াদবদগী ঐহাক য়ুমদ ফন কুইন লৈরক্লে। অহ্নবু মেরীগী থাউমনম মুংশিব অমদি পাউদর হায়বহ্নদি ঐ খক কাউব ঙমদে—বাজারদ চৎপ

খুদিংগী থাউমনম মুংশিব অমদি পাউদর কয়া মখল মথেল তত্তন য়েংলম্বহ। ঙুটিনচিংব লোইশিল্লক্লতুন ঐহাকস্তু মুংহারগীদমক শেম শাব হৌরে। বাজারদ চত্তুন মেরীগী থাউমনম মুংশিব, পাউদর মখল শুন লৈরে; ফুরিৎ ফি, খুজিনচিংবস্তু লৈরুরে। চংকদব মতম লেপলে ইমা বাবাদগী উখুলগীদমক বিদাই লৌরে।

অতুবু মেমদংদি চৎলমদাই অসিদ বিদাই পীরম্ব ঙমদ্রে। ঙসি মরি মঙানিদি মখোইগী অহলশিংন য়াম্ন কম্ন চেকশিন্ন থমখ্রে। অঙনব অয়ুক্ত ঐহাক উখুলগীদনক যাত্রা তৌত্নন উখ্রল বস পার্কিং তাম্ন লাকলে। ঐহাক্ল য়ৌবগ বস লৈরম্লে কাখত্তুনা ফমলে। অতুবু ঐগী থম্মোই অসিদদি অরাংপ কয়া লৈহৌরবগুম পোথাফম খণ্ডদন অরাব অম পীররে। চেপথ চেপথন য়েংঙি— গাড়ি স্টার্ট তৌরক্লে— খল্লক্লে "পুন্নমক লৈহৌরসম্নু।" অতুবু মিংয়েংদি থৌরাংলিব মাইকৈ অতুদগী হোংদ্রি—, উরকই মেমন খাউ অম খাল্লহুন সাইকল কঃ থৌরক্লি বস থাব হৌরক্লে, ঐহাক খাম্মু হায়বস্তু ঙমদ্রে মেমা কন্ন হন্ন হৌগৎলকখি অতুবু পাঙ্গল শোনবীবু তুংঙইনয়মতুন হিংচা যাইগম্লব বস অতুন থোং লাউন চেনখৎলক্লে; উপাই লৈত্রবীতু সাইকন্দগী কুমথতুনা লেপহৌরি— ঐগী থম্মোইগী মুক্তিস্তু মথক্ত লৈহৌরে।

---

# (৮)

নুপা ওইবগী হৌনশারা? নত্রগ ইতোমতগীরা! ঐহাক তমদ লৈরবস্থ মেমবু অদুম মু শি— মতম শাংন লোইনরকপ অমদি মুংশি চিল্লোকমিন্নরকপদগী। লোইনন ওইনিংঙি মহাকপু পূন্সিগী খোঙ-লোয়। অদুগ অমুক চীংগী লমদ লৈরে থম্মোই শেংন মনুংশি নিংথীরবী মেন্নীবু। অস্থম অস্থম লাকপন উগ্রুল বাজার যৌরে, খন্ন তোয়ন চৎপন ওইব তাই ঙসিদি ঐহাক কোক ঙাওব খোৎপ, ওনিংব-নচিংব অমত্ত ফাওদ্রে। লাইবক ফবন বাজারদ মিলিটরি গারি অম থেংনহুন মহুদ মুংহার তান্ন লাকলে। ইম্ফালদগী লৈরকপ মেবীগী থাও, পাউদব, ফুরিৎ ফি, খুজিনচিংব কয়া অদুবুদি থক কাউব লৈতে ঐন, মহু পীবদ মহাক্ক হরাওজগদব শক্লোন অদুবু তত্তন নিংশিংহল্লি। অস্থম্ন থম্ন থম্ন লাক্কুন ঐহাক্কী মুংহাবগী য়ুম য়ৌরক্লে; যৌবগ ঐগী কাদ চংলমদন খুল্লাকপগীদ চংই, খুল্লাকপ খুল্লাকপীদমক মাঙ্গোন্দ ফমহুন লৈরম্মী; ঐ লাকপ উবদ হবাও হরাও -

— ওজা লাক্লেদন। ইমাদি নাব ফরেকো ?

পোৎ চৈ শুকপিছুন মুংশিন হংবী।

— হোই ইপা। ইমা নাব ফরে।

— মুংঙাইরে অছুদি— !

অহল অনিগী য়াওরকপ অচা অথক পৃথোক্কুন পীরে। অছুবু মাগীদমক তম্লক্লিবশিং অছুবুদি লৌরব লৈত্রে মেরী। ওদ্রবছুদ ঐন হংডি—

— মেরীদি কদাইদ চৎখ্রে ইমা ?

— ইলিসকী মনাক্ত চৎখ্রিবনি।

ভংনরিউমক্তদ "ওজা লাক্লেদন" হায়ছুন হরাও হরাও মেরী চেনশিল্লকই। যেংথোক্লুবদ মা-ঐ মোমোন নোক্ল মিৎচানখি; মাইথোং শকফম ওনখি অপংবীছুদি। অছুদগী চংশিল্লক্কুন তপ্ন হায়রে—

— ঐগী পোত্তি লৈবীরকপ্রা ওজা ?

— করিগী লৈরক্তনি, লোইন লৈরকলে।

তরংদগী থাও, পাউদর, খুজি, ফুরিৎফি ওম্ন লৌথোক্কুন মেরীদ পীরে; মহাকসু হরাও হরাওন ঐবু থাগৎলছুন লৌই। অহল অসিসু হরাওজে। য়েংলুরগ মেরীন।

— য়ামন লৈবিরক এ লুপা কয়া পীরবনো ওজা ?

— য়ামদেদ !

— অপা ওজাগী পৈশা হনগদবনি।

মপাদ মেরীন অমুক হায় মপানসু হনগনিদ হায়ন খুম্মী। অছুদ ঐন—

— করিগী পৈশা হনগদৌরিব মেরী, ঐন ইম্ফাল চৎলুবগী নংগী-দমক লৈরকপনি। ইপা মেরীখোইন ঐগী ইত্তেং পাংবীবন হেনবনি— পৈশা হন্নব লৈরকপ নত্তে!

খুল্লাকপন নোক্লহুন হায়রকই।

— ঐখোইন অম্বুক করিগুম্ব মতমদ অভম্ব ওজাগী মত্তেং পাংব হায়বহুনি।

— পাংহনস্থ লাক্লিবনি ইপাখোইগী লনন ঐন হেন্ন তোনশিল্লবনি।

অস্থন্ন রারি রাংতাই কয়া তৌনরে। ঙৈহাক লৈরব থুংদ মেরীন হায়রকই।

— ওজা। ওজাগী চেংদি ঐন নহান লোইন লৌথোক্লে, থেংনব অমত্ত লৈহৌদ্রবনি। কুইন থম্লবদি চাব য়ারোই হায়হুন লৌথোকপনি।

— অদুদি নংগী ওজা লাপ্ন লাকপনি রারনি চেং অদু নংন য়েংহুন তৌরুদন। ওজা চাক চাথোক্লগ পোথানব তৌরো লম শাংন গারি তোংবসি য়াম্ন রাবনিনে।

— হোই ইপা

মেরীনস্থ মপান হায়বহুমক য়াই। অদুদগী খুল্লাকপ খুল্লাকপী অনি লৈহৌরে মেরীন ঐগী তরং অদু পায়হুন ঐগী কা তাম্ন থিল্লক্লে। য়ুম অদু তক তক য়াম্ন নান্ন অদুম মরৈরম্মী মী লৈরুদবগী খুদম অম ফংদে। ইমুং চংবলদ মেরীন হায়রকই।

— ওজা! ওজান ইম্ফালদ কুমথ্রিভৈদ ইবুং পিটরন ওজাবু য়াম্ন হংভ্রি।

— করি হায়ন হংলিব?

— কৈদৌঙৈ লাক্কনি হায়ত্তুন। ওজা ওজাবু মাগী পৈশা তোনব্রা?

— করিগী, ঐদি মাঙোন্দগী পৈশা অমফাওবস্লু লৌদেন। চুম্ন ব্বারি অম শাম্ননিংত্তুন তৌব ওইরমগনিদ।

— খংদে ওজা লৈতবদ ঐখোয়গী যুমদস্থু য়ামন তোইন তোইন লাকই।

— নহাকপু মুংশিত্তুন লাকপ ওইরমগনিদ্র মত্তুদি।

— মহাক্ল ফন লাক্লবস্থু ঐদি মাগী খক ওইরোইদবনি ওজা।

মেরীগী ব্বাঙাং খুদিং ঙসিদি য়াম্ন লুমন চীং লেম্বগী মওং হেন-গৎলকই! অওইবমক ঐন অহানব লাকপদ লৈরম্বী মেরী অত্তু নংলক্লে, নিংথীন মপুং মরৈ ফারবী অম হায়বত্তু ওইরে।

অয়াম্ব মতমদ মেরী ঐহাক লোয়নন স্কুল কামিন্নৈ, তিম্ন তোং-নত্তুনত লৈমিন্নৈ। অসি গুম্ব মা ঐগী লোয়নব মওং অসিদ করি গুম্ব মতমদ তাংখুল কনা গুম্বন মেরী অসি ইম্ফালগী ওজান লৌখ্রগনি হায়নব অত্তু ইশানক্ল তাব য়াওখ্রবনি। অত্তুবু পুম্নমক অত্তু ঐহাক্ল শেংদোকপ লাক্লে।

মুমিৎ, থা ক্রুয়ানি মথং মথং মুংহারগী পূন্সিবু পুত্তুন হৌজিনখি। নোংম ঐহাকস্থু স্কুলদ খর থেংদোকখ্রে মেরী ঐবু ঙাইত্তুন লৈনম্মী। ইবাম্মিন হল্লকপদ ছাত্র ছাত্রী পুম্নমক হন্নখিরমলে। ঙসিদি ঐহাক মেরীগী মফমদ অশেংব থম্মোইদ লোৎলিব আশা কয়া অসি ফোং-দোক্লগে হায়ন লেপলে। অত্তুবু মেরীন চম্লব ব্বাখন্দ মুংশিজব ওইরমত্তুন ঐবু তথি তথি হায়রক্লবদি মসি খল্লুবদ থৌনা পুম্ব অমুক মাঙখি! অত্তুবু মহাক্কী ঈঙ্গিৎ কয়াসিদি মুংশিবগী খুদমনি। মাগী ব্বাঙাং

খুদিংগী ওজাবু মুংশি হায়বসি অমুকসু নিংশিংলকখি; মত্তমক্ত ফোং-দোক্লগে হায়বগী থৌনা অমসু অমুক হাপ্লকখি। চুম্ন মুংশি হায়বগী রাঙাং ওইরম্লবদি মখল মথেল অচোপ অরেম কয়াগী পল অত্তবু নম-থেক্কুন মুংশিবগী পোৎলুম্ন নম্হরকখি। নাকোইনব রাইেন মহাক্কী মফমদ ফোংদোক্লগে হায়বসিদি ঙসিগী তানজা অসিদ চপয়ুংন লেপলে লম্বী লাক্ল লাক্ল ঐন মেরীদ হায়।

— মেরী চীংমীশিংদি য়াম্ন চখি, নখোয়গী চম্লব রাখল, শেংলব থম্মোই কয়া অত্তবু হুন্দোক্লমত্তন ঐন করিগুম্ব হনগ্রবদি নহাক ঐবু জাৎ তিন্নদবনি হায়ত্তন খক মুংশিরোইদ্রা?

— মত্তদি ওজাদন চীংমীনি হায়ত্তন মুংশিরোইদবনি। ঐদি ওজাবু পুক অসি শেংন মুংশিজবনি, ওজাগীদমক্ত থরায় ফাওব থাব ঙমগনি।

— শেংবরা মেরী?

— যীশুন থংসমু ওজা। অত্তগ নখোই মীতৈমুপাদি থম্মোয় য়াম্ন পীকই চীংমী মুপীবু লৌবীরগ হুন্দোক্কুন অত্তম চৎখি ওজা মীতৈদি য়ামন ফত্তে।

— মেরী নহাক্ল হায়রিবদো অচুম্বনি। অত্তগ ঐবুসু অসুম্ন ফত্তব পুকচেল চেল্লমগনি খনব্রা?

— ওজাবুদি ফত্তবনি হায়ন খনদেদ!

— মেরী চীংমী মুপীশিংবু ঐ তশেংন মুংশি অত্তগ মখোই পুম্নমক্কী মথক্ত নহাকপুদি ঐ হায়ফম খংদন মুংশি।

— ওজান ঐবু মুংশি হায়বসি থাজদেদ!

— করিগী থাজদ্রিবা?

— অসুক য়াম্ন কুইন লৈমিন্নরব ফাওবদ ওজান ঐবু শেংন মুংশি খক হায়দে। ঐন ঙসি ওজাবু মুংশি হায়রগ ওজানসু ঐবু মুংশি হায়বনি।

— মেরী ঐদি নঙোন্দ খক লৌনম তৌদবনি, অদুগ ঙসিফাওব ঐ কনামত্তগী মফমদ লৌনম তৌরক্তি। অমন নংবু ঐন মুংশিবদি থম্মোই শেংন মুংশিবনি, করিগুম্ব পোৎ ওইন পুথোক্কুন নহাক্কী নফমদ য়েংহনব ঙম্নন্নবদি ঐহাক্কী অশেংবদো শোয়দন শঙগদবনি।

— ওজা ঐদি জাৎ তোল্লবী চীংমী মুপীনি, ঐন ওজাবু নীংজরিব মুংশিজব অসে করম থুংগদগে খনবদ য়াম্ন ৱাবনি; করিগুম্ব থুংজরবদি যীশুগী নাক্ত য়োবগুম পেনজগনি অদুগ ওজা করিগুম্ব নিংব থুংদব তারবদি ঐদি য়ামন ৱাগনি।

— মেরী মতম অসুক কুইবসি ফোংদোক্লুরগ নহাক্ত য়াম্ন তুক্কচন খনখিগদ্রা হায়ন কিবদগী ফোংদোকপ ঙমদবনি নহাকপুদি তশেংনমক ঐগী ওইগে খন্ন মুংশিবনি।

— ওজা ঐদি ওজাবু মুংশিব য়ামন কুইরে, অদুবু ঐন চীংমীনিন ওজান শাওগনি হায়ন কিদুন ওজাদ হায়দোকপ ঙমদবনে।

— অদুবু ঙসিদি মতম কুইন ফুমদুন থমলুরব, ফোংদোকপ ঙম্নরক্তব নং ঐগী ৱাখল পুম্ব ফোংদোক্লরে অওইবমক মেরী ঙসিদি নং ঐগী য়ামন মুংঙাইরব মুমিৎ অমনি।

মেরী হান্নগুম তয়াং তয়াংবী মরমচত্তু নৎত্রে, অমুকসু য়েংখিবদ ইকাই হঙ্গোইজবী মায়থোং মতৌদু উবদ অমুক্ক হেন্ন মুংশিরকখি। খর চৎলব তুংদ ঐন অমুক হায়।

— মেরী ঙসিদি নঙোন্দ রা অম হায়গে নহাক মহু ঙমগদ্রা ?

— ওজা মী অমন ঙম্ব থবক্তদি ওজান হায়বদ ঐহাক য়াদব লৈতে। ওজাদি ঐহাকী মুংশিবনি, ওজা নত্তন ঐগী কনাস্থু লৈতে যীশুন খংসমু ওজাগীদমক অঙম্বদি তৌগনি।

— অদুগ রাফম অসি নহাক কনামত্তগী মফমদ হায়দোকপ য়াদে।

— কনাদস্থু হায়দোক্লোই ওজা।

— মসি নঙোন্দ য়াম্ন হেন্ন অকব অম ওইন থোক্লগদ্রা !

— অঙম্বদদি ওজাগীদমক তৌবদ অক্লব করিস্থু লৈতেন ওজা।

— ফরে অদুদি মেরী নহাক তমদ লৈকংগদবনিন তমগী মৈতৈ মুপীগী চৎনবী কয়া হৈনব হোৎনহন্নিংঙি। হায়যু নহাক মহু ঙমগদ্রা ?

— মহুদি ঐনস্থু পামজবনি করিগী ঙমদনি ওজা ঙমগনি। ওজান ঐঙোন্দ তাকপীয়ু ঐ পুম্নমক হোৎনজগনি।

— ফরে অদুদি ঐখোইগী মৈতৈ ী চৎনবী পুম্ব নঙোন্দ ঐন তাক-কনি অদুগ অইব শাইরিক কয়াস্থু পীগনি। অদুগ মেরী নহাকস্থু মৈতৈ মুপী অমনি হায়ন খল্লগদবনি।

অস্থুম্ন ঙাঙনদুন লাক্লিঙৈদ পিটর মাংলোমদগী য়াম্ন শাওরংনব মওংগুম লাকই। অদুদগী হায়রকই —

— ওজা নহাক অম্নক লাক্লে ?

— হোই পিটর।

— ওজা চীংমী মুপীবু মাঙহন্নব শীল্লবদি ওজাগী অফব ওইরোইকো !

পিটরগী রাহৈসি তাবদ ঐহাক ম্বাই লাউই ; মেরীগ শানরকপ রারি কয়াদু মহাক্র তাঞবন্না চিংনব পোক্লকই। অদুবু খুমদব য়াদবনি হায়—

— পিটর় সাহেব ঐন কনাবু মাঙনব শীনখ্রবগে ?

— কনাবু হায়বদি ওজা ; নংন তৌববু ঐন করি খঙদগনি মীতৈ নতাৎ তৌগন্নু।

— পিটর় করম্ব চীংমী নুপীবু ঐন মাঙহনব য়াওখ্রবগে নহাক্ন অহুক য়াম্ন শাউরিবহুবু ?

— ওজা রাখল য়াম্ন তৌ, লমচৎ ফত্রবদি ঐগী নোংমৈন নংগী নথ্বাই লৌগদবনি।

ঐহাক ইকায়ব, নুংঙাইতব, শাওনিংব কয়ান ফুনগৎলকই। অহুবু পুন্নমক ঙম্লিবমখৈ ফানব লাক্লে। তানজাসিদ মেরীন ঐবু চৎলসি হায়ত্তন চিংঙি মহুদ পিশ্বন মেরীদ শাওন হায়।

— মেরী নংস্তু মীতৈ নুপাগী মীচং চংবা !

— ইবুং পিটব নংন ময়ু খর ঙাওরগ অহুম্ন ওজাদ তৌবহু ফত্তে তৌগন্নু।

পিটর ঐঙোন্দ অমুক ওনশিল্লকই।

— ওজা ঐবু মশক খঙঙো ঐ নাগা হোস্টাইলগী লিডরনে, ঐগী থবক্ত য়েৎলবদি ওজা লৈব য়ারোই।

— নহাক্কী থবক্ত ঐহাক করিস্তু অয়েৎপ পীখিব লৈত্রিন পিটর় সাহেব॥

— য়াম্ন য়েৎলে ওজা— মেরীদি মাগী ইপাগ ঐগ। ইপাগন ঐগী-দমক পীবনে— ওজা লৈবদগী মান ঐবু য়াদবনে।

— পিটর়।

ঐহাক লন্নাই লুতোন শাৎখি শাওনিংবন খাঙল্লক্তে ঈ কারকই

অহুমকপু ফাজিনব লাক্লহুন মেরীদ য়েংত্তি মেরীস্থ শাউন পিটরবু য়েংলম্মা। ঐন ফাথরহুন হায়।

— অহুগী ওইরে পিটর সাহেবন অহুক য়াম্ন শাউরিবদি

— অহুগী নত্তবদি—

— অহুবু ঐহাক্তী মেরীগী মফমদ অহুগুম্ব ৱাখল অহু থক খল্লুব লৈতে।

য়েংথোকখিবদ মেরী লুকথখি— মবুক্লিং ৱারোৌখিবগুম উই।

— ফৈ ওজা মহু খঙন চৎলু হায়বনি।

পিটর অহুম চৎখ্রে। কিহনবগী মতাগুম পিষ্টোন অহু ঐঙোন্দ উৎলম্মী।

পিটর চৎখ্রব তুংদ চৎসি লাকও হায়হুন মেরী ঐখোই অনি লাকমিন্নরে। ফন শাংন চৎলব ফাওব ৱা মচেৎ অমত্ত ঙাংনদ্রে ঐস্থ মওল মওল খল্লে, খল্লু খল্লুরগ অমুকস্থ পুক্লিং মুংশিরকই। মেরীস্থ তুমিন্ন লুকথহুন অহুম মচৎলি। ঐন ৱা অমত্ত ঙাংদ্রবহুদ য়াম্ন কিন মেরীন হৌদোরকই।

— ওজা করি তৌরে তুমিন্ন লৈরবদি।

— করিস্থ তৌদে।

মসিদগী হেন্ন ঐ ৱা মখা তাদে অহুম চৎলি।

— অহুরা ওজা মীতৈন্নুপাগী থৌনা, ঐবু মুংশি হায়বীরগ ইবুং পিটরগী নোংমৈ উবদগী ঐবু অমুক কাউথোকপিগে খনব্রা?

— মেরীগী ৱাসি তাবদ থম্মোই ফাওন চিং লাউখি, ইকায়ব কয়া ফাওরকখি। মেরী মথং মথং মখা তারকখি।

—ওজা চীংমী মুপাদি লোইন নোংমৈ পাইবনি, অদুন নোংমৈ কিবদগী ওজানা ঐবু নুংশিবসি থাদোককে খনব্রা? ওজা অদুম ঐবু নুংশিব তম্বীবগ থাদোকপীববদি ঐহাক্তি অপাগী নোংমৈন ওজাবু অমুক হাৎকনি।

— মেবী ঐবু পাওদব ওইন লোৌগনু। পিটরন হাযরম্ব ৱাদুন অচুম্ব ওইরবদি ঐন নংবু ফংজবগী আশা লৈরিব্রা; মদু ওইথোক্তবনি।

— ওজা, পিটরন ঐবু পামদুন পংহায় হায়জিল্লগ মদুদ ওজান থাজবি; ঐনসু পংহায় হায়রগ ওজা হেক থাজবীগদ্রা!

— ফরে মেরী নহাক্তনবু লেপ্লবদি মতম পুম্নমক্ত নহাক্তীদমক নংগী ওজাসু লৈরি।

— ওজা মতম পুম্নমক্ত ওজাগীদমক কখোকপ ওস্ব ওইজগে।

ৱারি শান শান যুম য়ৌবক্লে। ঙৈহাক পোত্থারব তুংদ মেরী ঐগী নাক্ত চংলক্তুন মৈতৈ মুপীগী চংনবী তাকপীরো হায়ন ফম্লরে, ঐহাকসু মৈতৈ মুপীগী চংনবী চন্দনথিনব, ইরুজব, তুলসীবোং ৱাই তৈব, অহল লম্মনগী সেবা, মথং মথং থরায় তান তাকপীব হোরে। তশেংনমক মহাকপুদি ঐহাক্তীদমক ওইন নিংথীন চার শেমদুন তমপাক য়াইদ চংখোম্ন থারুরগে খল্লে।

অসুম্ন মুমিৎ তাশিনখ্রে। মেরীসু চৎখ্রে ঐসু মুমিদাংগী চাক থোংদুন চারে। চাব থকপ লোইবগ ফমুংদ চংলে; ওসি মুমিদাংদি মেরী ঐগী নাক্ত অমুক লাক্তে। অহিং অদু খওহোদন মও কয়া মওলম্মী মেমবু শংসংন উরম্মী ঐগী মও অদুদ মহাক্ত হায়রম্মী।

— তামো নংসে উখুলদ চওখিবদগী কৈনো অম ইতৌ তৌখ্রে তাংখুল মুপী উবদগী ঐবু থাদোক্তে খল্লমালে।

ঐহাক অহিং অদুদ মওফাওনরকখি। মেমবু নৌহোন নিংশিংলকখি, অদুবু মেরীগী শক্লোম্নসু থম্মোই মুংসিদ হেন্ন হেন্ন ওানখৎলক্লি।

---

## (৯)

থা অনি অহুম অমস্থু হৌখ্রে। মেরীগী লমচৎ নোংম নোংমগী হোংলক্লি মৈতৈগী ফিজেৎ শেৎলকলে, নোংমত লেপ্তুন চন্দন থিল্লক্লে। মতৌ অহু উরগ ঐগী থম্মোইনস্থু হেন্ন হেন্ন খোয়দারকলি। তুলসি ফংদবনিন চীংদ হৌব তুলসি মানব লৈ অম শুমাংদ থারে; নুতিগী অয়ুক অঙনবদ রাই তৈ। অয়ুক খুদিং কোল্লিক ফেংব, রাইরম শেংব লোইরগ ইরুজহুন তুলসিবোংদ ধুপ থায়। মখোইগী চাকখুমস্থু অনৌব চাকখুম অম ওনখ্রে, মৈতৈগী চাকচা য়ুথক পুন্নমক্তগী হন্থব করিস্থু লৈরক্তরে। মমাংঙৈদগী হৌন মখোইগী ইমুং অসি মৈতৈগী থুংফম অমস্থু ওইরকপ মরমন খুল্লাকপ খুল্লাকপী অনিস্থু মৈতৈগী চৎনরোল নিংথীন খঙডি অহুগী মথক্ত ব্যাপতিস খৃস্টান্নি হায়হুন হান্নদগীস্থু য়ু থক্লক্তে। ঐন হায়খিব নুমিত্তগীদি মেরী শা য়েন চাখিদ্রে করিগুম্ব ইমুং অহুদ শা যন থোং থাকপ তৌরবদি মহাক চাক ফাওব চারক্তরে। মহাক্কী মতৌ অহুদ খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিস্থু

শা য়েন চাবনচিংব পুম্নমক তোকখ্রে। চর্চ্চ চত্তুন লাই খুরম্ব, বাইবল পাবগী মহুত্ত গীতা, মহাভারত, রামায়ন পাহুন লেল্লক্লে। অওইবমক মেৰী হিন্দু ধর্ম্মবু চেৎন থাজবী মহুমক ঙাক্ল চৎপী অম ওইরক্লে; অহানবদ মখোইবু নোক্লরম্ব, য়েংশিনব খুনজা পুম্নমকস্থ কান্ন-খিদরে। হৌজিক্কানগী মৈতে মুপীশিংগ য়েংনক্করবদি মেরীন য়াম্ন শাথীন ধর্ম্মদ হকচিনব হেনগ্রে। ধুপ থাওমৈ থাহুনা পূজা কৎলিবী মেরীবু কনান মৈতে চমুনি হায়রোইদগে।

মখোইগী ইমুং অসি অতে খুল্লানব চীংমী কয়াস্থ ইতৎ তত্তন থুংলৈ অহুবু ইমুং অহুগী মতৌহু উবদ মখোইস্থ শা য়েন চাদ্রে, য়ু থক্ক্রে; মখোইন পামজবস্থ মেৰান য়াব কৌব লৈখিদরে। মতৌ অসিদ চানিং থক্লিংব চীংমী খুল্লানব কয়াদি অতোপ্প ইমুংদ থুংনখিব য়াওরক্লে। লু-নানব চংশোনব মতৌ; শকহেল্লবী মেরীন চেকশিন্ন, অমাং অশেং খঙন চৎপ লীচং, থোং থাক্লিব অচম্ব চীঞ্জাক কয়া অহু খংলক্লব, উরক্লবদ ঐহাকস্থ হঙোইব তুক্কচব পুম্নমক ফরক্লে। খুল্লাকপনস্থ মীতৈগী ইমুংগুম ওইরবনিন চামিন্নবস্থ য়ারেদন হায়হুন মরক মরক ফাগি ওই করিওইন পনবহু তাবগ ঐহাকস্থ মখোইগ চাকখুম পুল্লে। মেরীন মৈতে ধর্ম্ম লৌরকপ, ইমুং অসিগী লমচৎ হোংলকপদগী ঐহাকস্থ চাকথোংবগী অরাবহু কোক্কুন মেরীগী মফমদ শিন্নরে। খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিন ঐবু মচাদ মচাদৌন লুন তৌবী, অহুগ মেরীবুস্থ ইচনগুম ঐঙোন্দ শিন্নরে। অস্থক শেংলব অহল অনিগী ন্নাখল অসি করিগুম্ব মেরী অমদি ঐগী অরোনব লীখুন অসি খঙপ্রবদি—! মসি খল্লুবদ হকচাং অসি হুমাং কাংই।

অমুম্ন- মেরী অহিং কয়া ধর্মগী লাইরিক কয়া পাক্লন ঐহাক লোয়নন লেনমিল্লে। মরক মবাক্ল খুল্লাকপা, খুল্লাকপী অনিস্সু যাওই; মেৰীন মহাভাবত, বামাযর্মচিংব পাক্লন খুল্লাকপা, খুল্লাকপী অনিবুস্সু তাহল্লি। মখোইগী অসিগুম্ব চম্লর রাখল অসিবু চেক খল্লুবদ মেরীগী মফমদ হেনজিনব কবিগুম্ব লীচং অমত্ত চংকে হায়ন খনব ওমদে। অমবোমদদি হেন্ন হেন্নত্নম ঐগী থম্মোইদ মেবীগী মমল রাংশংলক্লি। খল্লকই মতম চাব তানজা অত্ন লাক্রবদ খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিগী মফমদ হায়জত্নন চীংলেম্ন লুহোংলগ মেবীবু মাং থান পুগে।

হন্দক্তি যুমদগী চিঠি কয়া তোয়ন লাকই। ইমা অমদি বাবান হন্দকী থা অসিদ লুহোংনবগী মতম লেপ্পবে তঙাইফদন থোরক্লব যাদে হাইন যাম্ন কম্ন কম্ন ইবকই। তশেংনমক হাইব ইনব, মখোইন হাযবদ যাত্নন লাকপ অম ওইবন ঙসিস্সু মখোইন চেক্ত হাইবদ য়াগনি হাযবসি খন্দূন ঐহাক যাওদন লুহোংবগী মতম লেপ্পবনি। অমুকস্সু ইমা বাবাগী রাখল অসিবু নুংশিব পোক্লকই। অহলশিংগী রাখলসিবু শৌগংলত্নন ঐগী মরুপ্পস্সু মখোইগী নীংব থুংহন্দব য়াদে নংবুদ ঙাই-নত্নন লৈবে থুনমক থোবকউ হায়ন চিঠি ইবক্লি। অমন মরুপকী চিঠি অসিন হায় "—নহাক্কী লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্পরবত্নদ মেমস্সু মমা মপান ইকাযথাংদগী এমঃ এ· অমদ থাজত্রে মহাকস্সু নংগ কান্নদল লুহোংলবা যাই।" ঐহাক যুমলোমদগী লাকপ চিঠিশিং অসি পারুবদ খনফম খংদব অরাব অম ওইবে। সোমদ ঐগী মেরী।

নোংমদি ইখও খওহোদন মেমদগী চিঠি অম লাকই। হেক ফংবদ কবি হায়বমগদগে খনবদ পূক্লিং অসি মিপাইব পোকই। মথং

মথং ফাক্তোক্‌নু পারে ঐ থোঙদগী তোন ফাওব তু চুংখি মেম। থা লেপ্পু ন ঙাসিদি থা অহুম হেনখ্রে শায়রক্লে। ঐহাক হৌজিক করি উপাই তৌগনি মরাল লৈঙ্গব্রবী অহুগী মফমদ কয়াম্ন অৱাব পীরগনি। অহুগ লুগেংবগী মতমস্থু লেপ্পখ্রব ৱাফম অহুস্থু মেমগী চিঠিদ পল্লকই। থ্বাইদগী ঐন ৱারিবদি ঐহ ক্ল করিগুম্ব থোরক্ত্ৰবদি মহাক শোয়দন ঐগী নাক্ক লাক্কনি হাইব অসিনি। করিগুম্ব মেমন ঐগী নাক্ত লাক্লবদি কৎদোব! খল্লুবদ অকিব কয়া ফাওরকই, ইশা ইথন্নত হংজৈ ঐবু ঐ ওইবিব্রা?

খনফম খঙব্রহুন ঐহাক ফমুংদ অহুম চংলে। খুল্লাকপা চংলক্তুন হকচাং ঙমব্রবরা হায়ন হংঙি; ঐন করিস্থু তৌদে হায়ন অহুম মখুম্মি। অহুদগী মেরীস্থু চংলক্তুন ইম্ফালদগী য়াম্ন নুংঙাইতব পাও লাকপ্রা হায়ন হংঙি। অহুবু মরমশিং অহু ঐহাক মেরীদ হায়দোক্তে। অস্থুম্ন নু মদাং অহু মেরীন চাক লোইহুন চারে। মহাক্কী নুংশিরবী শক্তম, ঐবু লুন চাম্ন তৌজবী সেবা মওং কয়া অসি খল্লুবদ ঐহকা অমুক হন্ন মেরীবু থাদোক্তুন ইতোমত চৎকে হায়বসি খনদ্রে। অহুবু য়ুমগী অমদি মেমগী ৱা নিংশিংলুবদদি হায়ফম খঙদব অৱাব ৱাখল অমন ফল তাব নাইদন কোক অসিদ য়ৈররে।

নোংম নোংমাইজিং অমদনি। মেরী ঐখোই অনি মখোইগী পামদ চৎলুবদগী নুমিদাংরাইহুদ য়ুমলোমদ হল্লকই। লম্বীদ পিটরন ঐখোইবু ঙাইহুন লৈরম্মী। মহাক্কী মতৌ অহু করিগুম্ব খৱদি লৈরে হায়ব ঐ খঙঙি। নকশিম্নরকপদ পিটরন হাইরকই।

— ওজা ঙসিদি নঙোন্দগী মেরীবু ঐন লৌহৌব তারে।

— পিটর সাহেব রাফম অন্থ করিনো, ঐগ লোয়নন লাকমিন্নরগ করম্ন মেরীবু হুন্দোক্লমগনি, মন্থ তৌবীগন্নু পিটর খুল্লাকপন ঐঙোন্দ শিন্নরকপনি।

— ওজা ঙসিদি ঐগী খুদোং চাব স নাম্থোকহনব য়াদ্রে; ওজান ফন হাইরবস্থ মেরীবুদি থাদোক্লরোইদবনি।

মেরীন য়াম্ন ঈচং থৌন পি রগী মফমদ হায়খি।

— ইবুং পিটর মন্থুগুম্ব রান্থ হায়গন্নু ঐবু নংগী ওইব হায়বদি শুকওই ওইথোক্কবনি।

— মন্থ ঙসিদগীদি ওইথোক্লগনি মেরী।

— নহাক্ল ঐবু ফাবদি নতিক নত্তে পিটর।

— মেরী নংগী রা ঐ অমুক হেন্ন তারোই। ওজা মেরীবু পীযু।

পিটর চংশিল্লকই, ঐহাকস্থ খোঙফম শেম্মী, মেরীস্থ ঐগী নাকন্দ চংশিল্লি। পিটর থৌনা ফন চংশিল্লকই —

মেরী নং চংখিব যাবোই অন্থগ ওজা নহাক্তি চংখিব য়ারনি।

— পিটর সাহেব ঐন নঙোন্দ হাইজরিবসিনি ঙসিদি মেরীবু ঐগী খুত্তুগী নাম্থোকহনগন্নু।

— তৌগন্নুদ ওজা নংগী অমাঙব ওইগনিদ!

পিটর ইবুং নংগী নমাইসি ইকাইব থক থঙদবরা?

— কান্নদে মেরী রা মথা তাগন্নু।

পিটর মেরীবু ফাননব চংশিল্লক্লে, ঐন হাই পিটর নহাক্কীসি করিনো ঐম পিটরবু ইল্লি। "ওজা" পিটর য়াম্ন শাগুন ঐঙোন্দ নকশিল্লকই। অন্থদগী ঐখোই অনি কম্ন ফুনরে মমৈথংদ পিটরন ঐগী

থবাক্ত খোঙন কাউরকখি ঐ ঙৈহাক জ্ঞান মাঙলুই। জ্ঞান তারক-পদ পিটরন মেরীবু চিংহুন পুরম্মী; মেরীন ও-া ওজা হায়ন ঐবু কৌরহুন থাঙলম্মী। ঐসু য়াম্ন ৱান হৌগৎলে অহুদগী য়েংখিবদ শযিউ মতেক অম লৈরম্বদগী মহু পায়হুন পিটৱ নহাক মেরীবু থাদোকউ হায়ন অশাওবন ঈ কাৱব খোনজেম্ন লাউরহুন চংশিল্লি। ঐগী ইতৌহু উবদ পিটৱ পিষ্টোল শংলে অহুগ ওশা চংশিল্লকনু হায়হুন মুক্তুন লৈখ্রে। তানজা অহু য়ৌরক্লবদদি মহাক্কী পিষ্টোলগী অকিব করিমত্ত ফাওদ্রে ঐহাক নাচুংব লৈতন চংশিল্লে। পিটরন পিষ্টোল কাপ্লক্তুন ঐ-ী ওগ থংব পাম্বোমদ পাল্লে।

চৈনাখোল অহু ঐহাক অশোকপ মফমহু পায়শিল্লগ খাঙব লাক্লরি। পিটরন হেক কাপ্লকপ ঐঙোন্দ পানবহু উবদ মেরীন ওজা হাযন থম্মোই গোক্ল কৌথি। ঐহাক হৌজিক্ক নিংশিংলকই ঙসাই মেরীন থাঙ অমত্তং পুসি হায়বহু য়াওরক্লম্লবদি খঙলমগদবনি। করম্ব তানজাদনো খউহৌদে মেরীন পিটরদগী পিষ্টোল অহু মুন্দুন পিটরদ মুক্লগ ছুং হম্ন হম্ন ঐগী নাক্ত চংশিল্লকই। ঐসু য়ামন ৱান হৌগত্তুন মেরীবু ওকই। মহু ফাওবদ চংশিল্লক্লিব পিটরবু উবদ মেরীন শাউন। — ইবুং পিটর নং ঙসি শিনিংদ্রবদি চৎখ্রো নত্রবদি পিষ্টোল অসিন শোয়দন কাপকনি। চংখ্রো; চৎখ্রো চৎলো।

মেরীন মুকপদগী পিটর লোকখাদ অহুম কুমথখ্রে। অহুদগী মেরীন মগাক্কী ইনফি অহুদগী মচেৎ অম শেৎলগ ঐবু কোন-খত্তুন অশোকপ মফম অহুদ ফিন কিশিল্লে। অহুদগী মহাক্ক শৌরহুন ঐহাক য়ুম য়ৌনব লাকলে। য়ুম য়োবগ খুল্লাকপন

কোইচেন চেন্দুন হিদাক লাংথক থিক্লরগ অশোকপ মফমন্থ নিংথীন হিদাক তৌবে। মেবীন থোকখিব পুন্নমক মমা মপা অনিদ মরীক চৃম্ন তমলে। খুল্লাকপা শাউরে খুলগী অহল অমদি মকোক থোংব মচিন চৎপ কবা কৌন্থন তিল্লে অন্থগ পিটববুস্থ খুল্লাকপন ফান্থন পুরকলে। ঐনস্থু ফজন হাযবদগী পিটর লুপা চামঙাদং জরি তৌরব তুংদ তেশিন-নরন্থন হন্নখ্রে।

শোক পনব য়াওখিবগ ঐহাক য়ুমদ চিঠিস্থ ইখিদব ফন কুইরে। হৌজিক অশোকপস্থ খর খর ফরকলে হন্দক মরক্তি মঙসিদ ইমাগ বাবাগ য়াম্ন তোইন উই। ঐহাক খল্লি লুহোংবগী রাফম অন্থদ য়াম্ন মুংশা থিনন্থন ঐবুদ শোন্দুন লৈরম্ব তারে।

নোংম ঈথং খঙহৌদন য়াম্ন ঙক্ক ইমাগ বাবাগ ঐগী নাক্ত থুংলরে। ঐন করিগীনো হায়ন মুংশা থীন হংঙি অন্থদ মখোইনিন ঐন লাক্কব অন্থগ ঐগী ইরা ইপাওস্থ অমত্ত তাদব অন্থগী মথক্ক মঙহাদস্থ ফত্তব খুদম কযা ফাওই অন্থন লাক্লবনি হাযন খুম্মী। ইমান ঐগী অশোকপন্থ উরগ পাও থাবক্তে হায়ন্থন শাওই। ঐনস্থ মুংশা থীরগনি হায়ন্থন থাদ্রবনি হৌজিক্তি ফরে করিস্থ তৌররোই হায়ন্থন মুংশা থীদনব থেম-জিল্লি। ফন কুইরে ঐঙোন্দ অস্থুম্ন হায়।

— ইবুংঙো নহাক য়ুমদ চৎলসি। নহাক লাকন্থন লুহোংবস্থ য়ৈ-থোক্লবনি। অন্থবু কুইনদি য়ৈথোকপ য়াররোই— হন্দকীসি শোয়হনব য়াব নত্তে য়ামন ফগ্রব ইমুংনি, মশাস্থ য়ামন ফৈ।

— ইমা লুহোংবন্থ মতম খরদি য়ৈথোকপীরম্মু।

- লুহোংব য়ৈথোক্লবস্থ নশা অন্থ মতম খরদং য়ুমদ নিংথীন

লাইয়েংব ফৈ।

— চুম্মা ইমা অদুবু ঐন থাদোক্লবদি স্কুল অসি করম্ব তৌগনি। অদুন ছুটি মতম ফংড্রিমখৈদি ঐহাক স্কুল অসি থাদোক্কনু চৎনিংদে। ঐন চখোকখিবদ নিংথীন ছাত্রশিংবু লাইরিক লাইশু তম্বীদে।

— ফরে ফরে অদুদি নহাক্কী ছুটি মতমদি কয়াম রাংলি? মদুদ নংগী লুহোংনব লেপ্লসি।

ঐহাক ইমাখোইবু নাম্থোকখ্রবদি থল্লুন ছুটিগী মতম অদু হায়রে। রারি শানবিডেদ বাবাসু ইপা থুল্লাকপগ রারি শাক্কবদগী ইল্লক্কনুন যম্লরে; তানজা অসিদ মেরী গ্লাস অদুমখক্ত চন্দোন চরা নিংথীন থিল্লে মকোক হাযরপ থুমলে অদুগ লংনা ফেংলব পুখম অমদ হাপ্লদুন চা পুরকই। গৌরিয়া কা হেন্ন তৌবমক নত্রবসু লৈকায়দুদ ঐখোইগী ইমুংসি হায়নরিবনি। অদুবু ইমুংসিগী মতৌ, মেরীগী লুনানব কযা অসি উবদ ইমা বাবা অনিমক মেরীন লোনব চা, থকই। ইমাগ বাবান ইমুংদ চা থকহৌই; মেরীদি ফৌ শুগনি হায়দুন চৎখ্রে। ঐন মেরীবু লাক্লরদুন থোরক্লগ য়ুমগী উরুম অদুদ ফমদুন চা থকহৌরে। চা থক্ল থক্ল ইমুংদ ইমাগ বাবাগন শাব রারি অদু তায়।

— তাংখুল ওইজরবসু মখোইগী ইমুং অসিদি মৈতৈ ধর্ম্ম লোইন চৎলে যেংঙু মুপী মচা অসিন শেংন ইরুজরগ চন্দন অসি ঙৌন থিনবসিদি কয়াদ ফজখ্রবনো।

— চৌজিক কালগী মৈতৈ ইমুংদগীদি য়াম্ন হেনখ্রে। মুপী মচা অসিবু মৈতৈমুপী কনাগ চাংদম্নগদৌরিবনো।

বাবানদুম ইতাও তাওন হায়দোরকই।

— মশকও মতৌও ইমৌত্থম ওইনিংই।

— কদাইদগীনো মখোই বাবান ঙাংব অম।

— লমচৎ ফজরবদি হাও ময়াং হায়ব থাইদে ঐদি; য়েংউনে মুংশিন্দ্রনে?

বাবাগী রাহৈত্থদ ঐ খাই লাওই; মুংঙাইরব ঈহৌ অমস্তু মুং-মুং-লাউন কায়।

ইমাগ বাবাগস্তু ঐন নাব ফবা ফাওব লৈরম্লগ খুল্লাকপা খুল্লাকপী অমদি মেরীগী মফমদ হম্ম হম্ম শিম্মরম্লগ য়ুমদ হনখ্রে। মেরীনস্তু সেবা নিংথীন তৌখি অদুগ ইমাগ বাবাগনস্তু মেরীবু হম্ম হম্ম থাগৎলম্মী অমদি য়াম্ম মুংশিন লাকউ হায়নস্তু পাউমেল্লম্মী।

---

অযুক অমনি ঐহাক ইমুংদ ফমচ্চুন ইতোমত মেরী অমদি ঐখোই অনিগী লৈনরিব মরী কয়া অতুগী মরমদ য়াম্ন কুপন খল্লী। মহাক্কী লৈজরম্ব, চৎচরম্ব ধর্ম্ম অতুগী মায়োক্ত ঐহাকপু মুংশিবগীদমক ঐন হায়ব য়াত্তন ঐগী ধর্ম্মদ তিনব গৌরবী মেরীবু করম্ন থাদোক্কুন য়ুমদ চৎকনি। খল্লুরগ মহাকপুসু ঐগী পূন্সি খোঙলোইদগী থান-নিংদে। অমরোমদ মেমগী ফিভম। "নুঙ অ'নগী মরক্ত হা" হায়বত্ত তশেংন থোকলে। মতাং অসিদ মেরী চা গ্লাস অম পুত্থন চংলকই। মাসু ঐগী নাক্ত ফমলে ঐন হংঙি—

— মেরী ইপাখোই লৈহৌব্রা ?

— ইমাসু ইপাসু কোইখ্রে' করিগীনো ওজা ?

— ইপাগ ব্রা অম তাননিংবনি ; ফরে চথোকখ্রবদি !

— হুরেন লাক্লগ ঐ হায়গে।

— ফরেদ !

চা থক্তুন ঙহাক লৈরে ; মেরীস্থ ঐগী নাক্ত ফমন্থন লাইরিক অম ফাক্লন্থন য়েংলি। ঙৈহাক লৈরগ ঐন হায—

— মেরী নহাক পিটরবু চেকশিনগবনিকো ! ঐ মাবু য়াম্ন চিংনৈ।

— মান কারিস্থ তৌব ঙমলোইদ ওজা।

— হাযগন্ন থোকখিব থৌদোকশিং অঙ্গ য়েংঙু মহাকপু ইকায়ব পীখিব অহুগীদমক ইবাম্নি মফমদ লমন অমুক্তং খুমগে হায়বসি মহাক শোইদন খল্লমগনি।

— মহাক্ল করি লমন খুম্ব ঙমগনি। অহুগ ওজা পিটরন ঐবু ফংজবদি মপূন্সিগী থক ওইদবনি। ঐগী থৱায়ন লৈরিঙৈদদি মবুক ফত্তব পিটরন করিস্থ হেনজিনব ঙমলোই। ঐগী ইপাবুস্থ মাদি য়াম্ন কিবনিদ।

— মহাক্লদি নংবু য়াম্না পাম্মী। মেরী অপাম্ব হায়ব অসিদি অফ ফত্ত খঙদে অহুগ ইকাইবস্থ নাইদে।

— মহাক্ল পামজে হায়বদনি ঐনদি মাবু করিস্থ হুংশদে। অহুগ ওজা লমন খুম্বগীদি খনগস্থদ ; মহাক মশানস্থ ঈশ্বর পম্মুন রাশকত্রে চীংমীগীদি ঈশ্বর পনখ্রবদি লোইরবনি ওজা !

— মহু চুম্মী ; অহুবু মবুক শেংলব চীংমী অতৈগুম পিটরন তৌরমগনি হায়বসি ঐদি থাজব ঙমদে। মহাক্ল মহুম তৌগদব ওইরবদি মাগী থম্মোইদ হুংঙাইতব লৈরম্লোই।

— অহুবু ওজা মহাকস্থ ঈশ্বরবুদি কিরমগনিদ !

— মেরী ঈশ্বরবু কিন চৎপ চীংমীগী মশীং য়াম্মী হায়বসি ঐদি থাজব ঙমদে। পিটরগুম্ব মীওইদি ঙৈহাক ঙৈহাক্কী অনিংবগী মথা

পোম্ন অম্লুম চংপজাংনি। অম্লুন মবুক শেংদব পিন্দিরবু চীংমী ওইরবস্থু মাখী ধর্ম্মবু ঙাক্ন চত্তব মী অমনি হায়ন ঐদি থাজে।

— হোই; ওজান থাজদ্রবদি ঐস্থু চেকশিন্নজগনিদ।

— অশেংবনি মেরী; মী হায়বসে মান্নদবনি। নংনা মৈতৈ নুপা খুদিংমকপু থাজদে, অম্লুবু অস্থুক কুইবসি নহাক লোয়নম্লুন অচিকপ অহিং কয়া, মী তাদ্রব চীংনুং কয়াদ নং ঐতমক লেনমিন্নরকখি; মম্লুদ ঐঙোন্দগী নংন করম্ব থাজদব লীচৎ ফংথ্রবগে।

— অচুম্বনি ওজা; নগাকীদমক ওইরবী ঐবু ওজান কয়াদ মুংশিন য়োকপিন্নিব। পুম্নমক লুহোংব ৬মিত্ত ওজাগী মফমদ কচ্চগনি। অম্লুগ ওজা মেরীদি থ্বাইদগী শেংলবী অমনিকো। মস্থুমন অশেংব পুন্সি অসিন মতম অম্লুদ ঐগী ওইরব ওজাগী মফমদ তমজগে খম্বনি।

— মেরী মতম পুম্নমক্ত নহাকী নীংব থুংনব হোৎনগনি। থম্মোইবু ফাজিনব ঙমদব নখোইন তুক্কচন থনব মৈতৈ নুপা অদো ঐদি নত্তে; অম্লুগ মৈতৈ নুপাগী মরক্তস্থু মবুকচেল শেংব কয়া লৈ হায়বসে নঙোন্দ খঙ্গনগনি।

ঙৈহাক ৱারি শামিন্নরম্নগ স্কুল চংপ নংনব মেরী চাক থোংব চঙথ্রে। মান ঐবু লুন চান্ন অমদি কিজ্জন চৎলিব লীচৎ, সেবা তৌরিব মওং অসি উৎরগ মপুরোইব নীংবী নুপী অমগী লমচং অস্থুম্ন তৌরমগদ্র হায়ন খল্লকই। অমন মান ঐগী সেবা তৌরিব মওং অসি কনাগুম্বশিংন উথিব য়াওরবদি মহাক অসি ঐগী মপুরোইববু ঈশ্বরমক্তি খম্ন সেবা তৌজবী লোইনবীনি হায়ন শোইদন খনগনি। পুম্নমকসিগী মথক্ত মতম অয়াম্বদ " ওজা ঐদি জাৎ তোল্লবী চীংমী

হুপীনিকো, ঐবু হয়েং মতম অমদ কাউথোকপীগনুকো” হায়ব মবুক্লিং নুংশিব রাহৈ কয়া অসিমক্তন মতোই মতোইনহুম নুংশি ইনৌংনবকই। পূন্সি অসিদ নত্তন মপোক লাংওন খুদিংমক্তসু মহাকপু থাদোক্লরোই হাযন খল্লী। অহুবু মরো চাউরব পিটরগী রাখল অমুক হেক খল্লুবদ হকচাং অসি শাগৎলকই। মহাক্কী কা হেল্লব লীচৎ শাক্লৎ কয়া অহু নিংশিংলুরগ অমদি মহাক্ল তৌখিব থবক, ঐগী পান্বোমদ নোংমৈন কাপখিব; পুন্নমকসি খল্লুবগ মাগী মমাংদ মেরী অসি ঙসিমক পুক্লন চংলগে হায়ন ফাওব খল্লী। অহুবু নোংমদি মহাক শোইদন চাং তাহৌরগনি খন্দুন থম্মোই অসি ফাথব লাকনৈ। অমরোমদ অমুকসু মেমন থা লেপখ্রে হায়ব পাউ অহুনসু থম্মোই অসিবু খক তপথহনব ঙমদে।

নোংমদি মেরীগী মফমদ নুংশি পরিক্ষা লৌরগে হায়বসি চপ য়ুংন লেপলে। ঐহাক মেরীন মথল্লত ঈশিং শোকপ চৎপ তানজা ঙাইহুন লৈরে। ঙসিদি মহাক মথল্লত ঈশিং শোকপ চৎকদৌরি। ঐন ইমুংদ চংখ্রিবৈঙদ মেরী ঈশি খোং কুম্নমলে ঐসু পরপ পরপ তান্নে। অহুবু ঐন ঈশিংখোং য়ৌবদদি মেরী ইলিসক লোইনন রারি শাহুন লৈরমলে। মখোইগী রারি অহু ঐসু খঙহন্দন তারগে খন্দুন য়াম্ন লোনন উজাও অমগী মরুমদ নাথৈহুন লৈরে। মেরীন হায়।

— ইলিস ঐখোইগী ওজাসে য়াম্ন ফৈবো। ওজাগী অশেংব থম্মোই, অচম্ব রাখল অসিদ ঐদি ওজাবু য়ামন নুংশি।

— ওজানসু নংবু শোইদন নুংশিরমগনিদ।

— অশেংবনি ইলিস নহাক কনাদসু হায়দোক্কনু।

— হায়দোক্লোই লোর্ড যীশুন খওসনু।

— ইংলস ঐহাক্তি ওজাবু মুংশিজবন ওজাগীদমক শিব তারবস্থ শিজগনি হায়ন ইশান রাশকচরবনি।

— ঐস্থু চিংনবনি ; নংন মৈতৈগী ধর্ম্ম চৎথিবসে শোইদন মরম লৈরমগনি।

— লৈ।

— অহ্ ওজানবু নংগীদমক কদাই ফাওব লেপ্লবগে ?

- ঐহাকপু লুন তৌবীবসিন তশেংন মান ঐবু মুংশিরমগনি খল্লী ইলিস।

— অত্থদি মেরী নংদি ওজাতগ লৈমিন্নবনি ঐদি নংবু য়ামন চিংনরেকো।

— মত্থুদি থনগনু ইলিস ; ঈশ্বরন খওসনু অত্থুগুম্ব অমাংব লীচৎতি খক চৎতে অত্থগ ইলিস ঐগী ওজাদি মত্থম্ন ফত্তব থম্মোই খক চেনদে, মহাক্তি পূকচেল য়াম্ন চাউবনি।

— মেরী নহাক্কী লাইবক অসি য়াম্ন ফৈকো। অত্থগ ইবুং পিটরদি অমুক্ত উ-নখিদ্রবরা ?

— মহাক ইকাইব নংখ্রবত্থনি খুলগী মমাংদ।

— মহাক্তি য়াম্ন ফত্তেনে হোষ্টাইলগী মকোক্নি হায়ত্থন সরকারনস্থু ফাব ওমদ্রে, অত্থগ মরমচৎস্থুয়াম্ন ফত্তে ; ঐহাকস্থু শোইদন অমা অপাদ তাক্কনি মান ঐবুস্থু নহান নমত্থন ফাগে তৌবনি অত্থদ ঐগী ইবুং লাকপ উবদগী চৎখিবনি।

— নংগী ইবুং জোনগস্থু লৈমিন্নরগ মান অত্থম তৌব !

— মেরী মহাক নোংমদি শোইদন ঐগী খুত্ত শিগদবনি; মান ঐবু তত্তন থেম্বনিনে।

— মবুক য়ামন ফত্তব মীনিদ মাদি।

— ফত্তে। অত্তুগ ওজাদি য়াম্ন ফৈ ঐস্থ মাগী য়ুমদ লাইরিক তাক-হন্দুন ঐখোইনিদ য়ামন তোয়ন লৈখিব য়াওবনি; অত্তুবু ফত্তব রা অমত্তস্থ হায়দে।

অস্থুম্ন রারি কয়া শানরহুন মেরী অমদি ইলিস ঈশিং শোকপ লোইহুন কাখ্রে।

মুম্মিদাংনি। মেরাগী তরামরিনি পানব থাজন কয়াদ পূক্রিং শুক্কাৎন ডাল্লকলে মুংহার খুলবু কুপ্লহুন। ঐহাক লাইরিক অম পারম্বদগী তুম্ব য়াদ্রহুন থাবল অহুদ থোরকই, অহুদগী শুমাং নাবচিদ থম্লিব উবাক অহুগী মথক্ক ফমহুন লৈরে। উথুলগী চীংশা নাপোম অসি অয়াম্ব মতমদ লৈচিল নোংফাই থাংহুনত লৈবনি, অহুবু ওাশদি থোইদোক্ল অতিয়া অসি তরু-তরুই। রাখল অসি মণ্ডল-মণ্ডল থল্লী। মেরীবু মুংশিবগী চৈনাখোলস্থ থাবল্লগী মংাল অসিদ নোহৌ নোহৌনন ফাওরকখি। অস্থুম্ন ফম্লিডৈদ ঈখঙ খঙহৌদন হুংলোমদগী খংশা অনিন ম্রিৎসি খংখুম খুম্লখি; ঐ খংপ্রেংচ খঙডি। অহুবু খুদক্ক ভাব তারকই "মেরী শোইদন ওইগনি।" ডাঙশিম্নহুকো হায়ন হায়ন খুৎন লামহুন মখুং মচা অনিহু লোথোকলে। অহুদগী ঐগী নাক্ক ফম-থরহুন মখুৎ নামন ঐগী লেংবান্দ থম্লগ হায়রকই।

— কৈদোরে তুমদ্রবদি ওজা?

— কৈশু তোদে। নহাক্তি কৈদোরে?

— তুম্ব য়াদছুন থোরকপনি।

— মেরী নংন করিগীনো ইলিসত অতুম্ন রারী শাদোক্লিবদি ?

— হাঃ! ঐদি কদাইদ ওজা।

— ঙসাই ঈশিংখোংদ।

— ওজাদি করম্ন খঙলিব ?

— হেক্ত খঙডি ; অতুম্ন রারি শাদোকপ হৌনদে।

— ইলিসতি য়াম্ন ফবনি করিস্থ তৌরোই ওজা।

মেরীন য়াম্ন ইকাইন খুম্মী। অতুদগী য়াম্ন হকচিল্লব রাহৈন হায়রকই।

— ওজা ঐবু করম্ব মতমদ নংগী নাক্ত থম্বীগনি ?

— লুহোংলব মতমদ !

— লুহোংবগী মতমদি কয়াম রাৎলিব ?

— নহাকপু লুগোংব পাম্নবরা ?

— ওজাগী নাক্ত অশেংব ওজাগী ওইন লৈজনিংলে।

— ফরে হন্দক ঐন ছুটি থোকপ অসিদদি নহাকস্থ ঐগ লোয়নন চৎলগদবনি ; অতুদগীদি লুহোংলগনি।

— ওজা ওজান চৎকদব মুমিত্তি কয়াম রাৎলিবা ?

য়াম্ন খোইরাংন অমদি পামজন, ঙাইঙমদন হংলকপ মেরীগী পাউহংনি।

— মুমিৎ তরা মঙানিরোমদ মঙাইরে।

— কুইদ্রে নত্রা ওজা ?

— কুইদ্রে মেরী ; মুমিৎ অতুদগীদি নগাক ঐগী নাক্ত লেঙদন লৈরগনি।

— লুহোংলব ভুংদ ঐবু লুন তৌবীয়ুকো ওজা !

— শোয়দন তৌগনি নংন হায়বদ য়াগদবনি ঐ ; অদুগ নংসু ঐন হারবত য়াগদবনি ।

— য়াগনি ওজা ।

ৱারি শান-শান মেরী ঐগী নাকন্দ ফম্লস্বদগী ভাথরক্তুন ফৈবোমদ মোন খাংথরক্লে। থাজগী ভৌরবী মশেক্ক য়েকন্দ লুপা মচু কুদোংলবী লাইরেম্বীগী মাইথোংগুম মেরীন ঐগী তম্পাক্ত ভাল্লি। খল্লুবদ মতোইনন নুংশিরকই। মেরীন হন্না ওজন হায়রকই।

— ওজা ঐখোই অনিগী লুহোংবদি য়াম্ন নুংঙাইগনিকো !

— লুহোংববু নুংঙাই হায়ব্রনে অঙাওবী ?

ফাগি তৌদুন লক্লে মতৌ অদুদ। অদুগ তঙৌ তঙৌরবী মাইথোঙ অদুদ থুংশা অ'সন হন্ন হন্ন নানবীরম্মী।

ওজা ইম্ফালদ লৈরব মতমদদি সিনেমা য়েংব পুবীয়ু।

— পুবীগনি ; ঐখোই অনি য়াম্ন নুংঙাই নুংঙাইন সিনেমা য়েংব চৎকদবনি।

— য়ামন নুংশিবো ওজা নংসে !

— অদুদি নং ঐঙ্খীদমক করি করি তৌব ওমগনি ?

— ওজাগীদমক ঐহাক শিবফাওব ভমগনি !

— মেরী !

মেরীবু কয়াদ নুংশিন কোল্লরে, মহাকসু ওজা হায়ন নুংশিন কোল্লকখি। অদুদগী মগাক্কী ভৌরবী খজাই অনিমত্ত—। অদুম ওইনমক মেরীগী থাজজবদুদি মাঙহনব লৈতন থাক্লি। খাঙমদ্রব থম্মোই অসি মা ঐগী লুহোংব নুমিৎ অদু ভাইদুন য়েংলি, খোঁরাং খোঁরাংন ; খুৎন পাইরিবী, লৈহীন নিক নিক লাউরবী চীংগী লৈরাং অঙ্গিবু।

( ১১ )

নোংমাইজিং নুমিৎনি। হকচাং অসি মুংঙাইতবগ, ৱাখলগী মুংবংনরব চৈনাখোল কয়াগ ঐহাক ফমুংদ হিপ্লগ ৱাখল অসি খরদং পোখাব য়াত্ৰা য়েংগে হায়ত্নন লাইরিক অম পারি। ঙৈহাক লৈরগ মেরী চংলক্লুন হায়রে।

— ওজা ঐখোই অনিগী লুহোংব নুমিৎ তরানিদ ঙাইরেকো!

— ঙাইরে।

— ঐদি অহিংস্নু নুংথিলস্নু নুমিৎ মশীং পাত্নুনত লৈবনি। ওজা লুহোংব তুংদদি ওজাদ ঐন করি কৌগনি।

— ঐগী ইবুংঙো হায়ন কৌত্নন নুতিগী প্রার্থনা তৌগদবনি।

ঐগী ৱাহৈসি তাবদ মেরী হেন্না লুন ঐবু নীংলকপ অমদি হেন্না মবুক্লিং চঙন ববাহার তৌরকপগুম মাইথোং ফজবীত্নগী শকফম অত্নু হোংলকখি। ঙৈহাক লৈরব তুংদ ঐন হংঙি—

— নংবু ময়োম অত্নগ কদাইদ চংকদৌরিবনো?

— পামদ অপাগ অমাগগা চাক থিনগে তৌবনি।

— অহুগ ঐগী নাক্ত লৈথোক্লব।

— ওজাবু পামদ চৎমিন্নসি হায়গে লাকপনি।

— ঐহাকপো?

— অং।

— য়ুমদ মী অমতস্থ লৈতে অহুগ ছাত্রশিং খরস্থ লাক্কনি হায়বহুদি কমদৌগনি।

— ওঃ ঐদি কাউবনি ওজা ঐস্থ য়াম্ন থুন লাক্কে। মেরী চৎখ্রে।

মেরীন চৎখ্রবদ মওল মওল খল্লকই। হকচাং অসিদ ফত্তব খুদম কয়া ফাওরকপগুমস্থ তৌই; ঐ নিংঙম্লক্কুহুন অমুক পামদ চৎলসিরা হায়ন খল্লী। খনফম খঙদ্রহুন লীফক অম পুথোক্লগ শুমাংগী উরুম অমদ থাহুন হিপ্ন-হিপ্ন লাইরিক অহু পারি। লাইরিক্কু অস্থুম পারম্বদগী খঙহৌদন তুমথগ্রমালে।

মঙ অহুদনি। ঐহাক কনাগুম্বী মুপী অমগ চৎমিন্নবগুম তৌই। মুপী অহু মেমগুমস্থ তৌই। অস্থুম অস্থুম খুৎশম্নহুন ফজরব চীং-দোল অমদ মথং মথং কাখৎলম্মা। অহুদগী লৈতেম মান্নরব ফজরব থেল অম ফংলে, মফম অহুদ মা ঐ ফম্মিন্নহুন থম্মোই থম্মোই শিন্নন মুংশি রারি শা'মন্নরি। ঐগী থৌরাংলব থম্মোইগী ঈথৌলাংববু ফাজিন্দুন মহাক্ল লুহোংব মুমিত্ত ঐগীদমক ঙম্নমক কথোক্কনি হায়ন থেমজিল্লি। তানজা অহুদ ইখঙ খঙহৌদন মশা-মউ ফরব নিপা অম থোরক্কুন ঐগী চান্নবী অহুবু পীযু হায়ররে; ঐন য়াদবদগী ঐখোই অনি শাওনরে। মমৈথংদ অতোপ্প নিপা অমগ থোরক্কুন ঐবু

ফাজিল্লরে, অহুদগী উজাও অহুদ উরি রারি কয়ান চেৎন পুনশিল্লে, তাল্লক অসিদ অহানবগী নুপা অহুন ঐগী চান্নবী অহুবু শুপকোন কোন্নুন ফাজিনখিরম্মী। চান্নবী অহুন ফন কন্ন লাউজৈ, ঐস্নু খাওমদ অরাবগ লোয়নন পাঙ্গল থোক্লব হোংনৈ; অহুবু ফন হোন্নর্ইনস্নু পুল্লিবহুদগী নাম্মোকপদি ওস্ব মরৈখিদ্রে। মতৌ অস্নুম্ন ঐগী চান্নরবী, খুৎশা অসিন ফাওব শোক্লন য়োক্লুন থমজরবী; নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ অহু মাওহনবীখ্রে। চান্নবীহুন উপাই লৈত্রবী অম ওইন মপি তরং-তরং শিস্থরহুন ঐবু য়েংলগ লোংন তাহুন লৈরি। অহুদগী নিপা অহু নহাক্কী অপেনবহু ফংলহুন চান্নবীহুবু থাদোক্লম্লগ চৎখ্রে—। মহাক্ল চৎখিবগ পাঙ্গল তেক্লবী মশা পুন্নমক ঈহিং নাইহিং শারবী অহুন তপ্ন তপ্ন চংশিল্লক্লুন ঐগী ইমাংদ তুরগ হায়রকখি—"কৎচনিংব লৈহী পুন্নমক মাংথোকপীরমলে হিংচা য়াইতস্বাশং অসিন; থম্মোইগী নুংশি-থোইরব হুয়েংমুক্কী মপোক্ল নংগীদমক ওাইজরম্নগে, হন্দকমুক্কী মপোক্কীদি বিদাই" মিৎমাংদগী চান্নবীহু মাওখিরম্মী। ঐন খাওমদন লাউরহুন খামহৌই; তানজা অসিদ ছাত্র ময়াম লাক্লুন "ওজা কৈদৌরে" হায়ন হৌদোক্লয়ে। ঐন য়ামন চিংনন করি থেংক্লগব হায়ন খন্দুন চিংন-চিংন চংলকপদ মেরী য়াম্ন নুংওাইতন মমাই মমিৎ ইওাং ওাওবমখৈ মাঙ্গোন্দ ফমহুন লৈরম্মী, মমিৎ মনা ইপোম পোম্মী। মাবু হেক উবমক্লদ থম্মোই অসি থুক লাউব পোকই, নুংশা থীন হংডি "—মেরী নহাক করি তৌরে নশা ওমত্রবরা" হায়ন। "—কৈস্নু তৌদে ওজা" হায়ন খুম্বত নহুন অতৈ পাউখু অমত্ত পীরক্তে। ছাত্র ময়াম লৈবম্নগ ঐহাক চিংন-চিংনন মখা তান হংলমদ্রে। ছাত্রশিং অহুন হনখিবদ নুমিৎ

তারে, ঐন অমুক হংগে হাযত্থন চংখিবদ ইমা খুল্লাকপী মশা ওমদে হায়ত্থন হিগ্রম্মী, মেরীস্থ ইমা খুল্লাকপীগী সেবা তৌত্থন লৈরম্লে। নংবু ওসি নশা ওমদ্রব্রা হাযন হংঙি, মেবী মমায় অত্থু পুব ওমদে ঐঙোন্দ খক যেংশৎলক্কে— মপি ঈরা চেনবগুম তৌই, ঐবু উহল্লিংদন মপি অত্থু তৈথোকপ লাক্লে ; অত্থগ ঐগী ৱাহংগী পাউথুমদি “ করিস্থু তৌদে ” হাযব নত্তন অতৈ অমত্তস্থ পীরক্কে।

ওসি মেবীন হোংলিব মতৌ অসি উবদ ঐহাক য়াম্ন হেম্ন অওকপ অম পোকই। নহানমথৈ ঐবু উরগ হরাওজব ; ঐগী ৱারি শারগদ পেনশরম্বী মেবীন ওসি ঐঙোন্দগী লাপথোক্লব, ঐবু যেংনিংদব, ঐন হংলু খোংলুব পুম্ব খুম্নিংদবগী মওং কয়া তৌব অসিদ ঐহাক চিংনদব ওম্লক্লে। অমুকস্থ মেরীগী মতৌ অসিদ শাউনিংব, ইকাইব কয়া পোক্লকই। মহাক্ল ঐবু লৌনম তৌরব্রা? খল্লু-খল্লুরগ শাউনিংব, মুংনাংব, ইকাইব কযান অহিং অত্থু ঐহাক মিৎ অসি উইশিল্লু হায়ব য়াদ্রে। “ চীংমী মুপীগী লীচৎ মসি ওইরেকো ” খল্লুবদ হেম্ন হেম্ন মেরীবু লমন খুম্নিংলকলে। নহানমথৈ মুমিদাং খুদিং ঐগী নাক্ত লাক্লস্ব ওসিন লাকখিদ্রব! খুদোং চাব ফংখিব মতম কয়া ঐন মাবু কয়াম মুংশিন য়োকশৎখিব, নিংশিংলুরগ মতমশিং অত্থু হেম্ন হেম্ন পাম্মুরক্লে। তমগী মুপা কয়ান অফংব মতমদ অপাম্ব পুম্নমক হেক্ত পাংথোক্তুন মথোইগী খুত্থম চনশিনব মত্থমক্তন চীংমী মুপীশিংগীদি মতীক চাবনি হায়ন খল্লক্লে! খামজিনব ওমদ্রব থম্মোই অসি লাক্লবদ অরাংব অম ওইরে। করিগুম্ব খুদোংচাব মতম অমত্তং হেক ফংবদ হন্দক্তি ঐহাক মেরীবু খক থাদোক্লরোই হায়ন চপ য়ুংন লেপলে। খম্ন খম্ন অহিংন থেঙজিল্লক্লব মতম

অহুদদি ঐহাকসু তুমথগ্রমালে !

— ওজা ! ওজা !

খুল্লাকপগী অথুকপ খোনজেল অহু তাবদ ঐহাক ঈখং খংন ফুক হৌগৎলি। "করি তৌরে ইপা ?" ইপা .পাখৎন হঙজি !

— নং অমুক্ত হৌগৎলু মেরী করিনো অমা তৌখ্রে !

— হাঃ !

ঐসু তফিং তকিং হৌগৎলে, থোঙ হাংদোক্লে। খুল্লাকপ মাইব কৌবনি হায়ছন চেনখ্রে ; ঐ হাথু হাথু মেরীগী ইমুংদ চংশিল্লি ইমা খুল্লাকপীন কপ্প কপ্প লাইকল্লরম্মী। ঐ উবদ ইমান "ওজা ঐ হিদাক অমুক্তং থিগে" হায়ছন মেরীবু শিন্নরম্লগ চেম্থোকখ্রে। ঐসু জ্ঞান মেন তাদন মেরীগী নাক্ত চংশিন্দুন ফম্লে, অহুগ মাগী মকোক অহু পমখৎপীরে, মশা অহু ইলেক লেকথরে চৈনাখোল অহু খাঙবদ মহাক শাথীন অরাব অম ওইরে।

ইপা পাখৎন হংঙি।

— মেরী নহাক করি তৌরে ?

— ওজা ঐ হূ থক্লবনি।

— হূ থক্লব।

খোঙদগী তোন ফাওব তু চুংখি ; খাঙমত্রব মীমুংশি অমন · নৌ- হৌন মেরীবু মুংশিরকখি। মাইথোং অহুবু চেৎন কোন্দুন "করিনো মেরী নহাক্ল তৌরিবসিবু ; করিগীনো" হায়ন মিত্তগী পি শিন্থরম্মী। মহাকসু কপ্লম্মী। কপ্প কপ্প হায়রকই।

— ওজা মপোক অসিগীদি লোইরেকো !

— করিগী লোইরুগদগে মের। ।

— ওজাগীদমক থমজব পুম্ব অরেম্বদ তারে, ঙসি পিরন ঐবু মাঙহনবীরে ।

— মেরী।

— স্নুংশিদব মীন শোক্তুন মাঙহনবীগ্রব ঐহাক্কী হকচাং অসিবু থম্মোই শেংলব ওজাগী মফমদ করম্ন কৎচগনি । ওজা ওজাগী অশেংব থম্মোইদ অমাংব পোৎ অসি কৎচব ঙমজরোই অহুন ঙসি ঐন হূ থাকপনি ।

— মেরী !

থম্মোই অসি খাঙব ওন্নক্তে ; মেরীবু শন্ন হন্ন কোল্লে, মিত্তগী শীম্থিব পিরাংন মহাক্কী তঙাংলবী মাইথোংদ পোপ পোপ তারি । মপান্দগী খুল্লাকপন মাইবা লাকলে হায়ন লাউরকই, খুল্লাকপীসু হিদাক পুরকলে । মেরী য়াম্না রান তপ্প হায়রকই ।

— ওজা ইবান্নিগী লুহোংব স্নুমিৎ তরানি য়ৌদ্রেকো ।

মেরী অমুক হন্ন কৌব তাখিদ্রে ।

লোইরব

# অইবগী পুংইদ লৈজরিব :—

## ড্রামা

| | |
|---|---|
| ১। কায়নবা | ২। হুপী লোনবা |
| ৩। বসন্ত মানী | ৪। পোকমীনদনা |
| ৫। যেক মুংশিনব | ৬। লাকখণ্ডনর্ষ্যা |
| ৭। মৌ হল্লকপী | ৮। মৌ অনৌবী |
| ৯। ইতৈভমা থিবা | ১০। চীং তম |
| ১১। থওইদবগী পীবাং | ১২। এম, এল, এ |

## উপন্যাসত

১। মংলা ঐবু মাংকেলগেন্না ?

২। অমুক উরদি।

৩। ফোংদোকতব মুংশিবা

## লামী অচা চয়ুন

| | |
|---|---|
| ১। বদনাম, | ২। লাথোক |

## শৈরেং চয়ুন

| | |
|---|---|
| ১। নাচোম | ২। লৈকোম |
| ৩। থংগোই ইচৌ | ৪। ইম্ফাল সহর |